অকোঙবা :—
অইবা মশামক



অহানবা
ছাপা নম্বা ১৯৭৩ ইং
কপি মশীং ১০০০

নম্ফম :— মণিপুর গীতা প্রেস, শিংজমৈ বাজর ব্রর্ম্মা রোড,
ইম্ফাল।

# য়ায়োল খরদং

মী খুদিংমক তুংগী আশাদা হিংনরিবা ঙাক্তনি। হিংনরিবা মীওইবশিংনা তুংগী ওইরক্কদবা পুন্সিগী লমদাংবু খঙনিঙখঙনিঙনা খঙবা ইঙম ঙম্মদনা পুন্সি চেঙজেল লোম্নরিবা ঐখোয়নি। তৌইগুম্বস্মুং থায়নগী ঈশ্বরগী শক্তি ফংলবা খোইদোক্লা বিশ্ব-জগতকী গ্রহশিংগী খোঙচংকা মীওইবা ঐখোয়গা লৈনবা মরীবু মুণি ঋষিশিংনা অমদি থায়নগী মৈতৈ ইপা-ইপুশিংনা খোইদোক-হেন্দোক্লা মমূং হুঞ্জিম্না খঙলমমুনা পুন্সিগী তাক্কক কয়াবু খুদোংথীবা খোক্কদবা অদু মখোয়গী হৈ-শিংবগী খুৎহোংনা লায়না মাঙজোননা খঙজবা য়াননবা মমল য়াম্লবা মণি মতুম কয়া থম্বিরম্মী। অসিগুম্বা খঙদববু খঙনিঙবা, হৈতববু হৈনিঙবা হায়বসি মীওইবা ঐখোয়গী হৌনশানি খঙ্গরুবনা, থম্বিরম্বা লাইরিক জ্যোতিষ কয়াগী মতেং লৌজরগা "সর্ব্বদোয় জ্যোতিষ" কৌবা লাইরিক অসি পুথোকচরুবনি। লাইরিক মচা অসিনা মুংশিজরবা ইপা-ইচা খুদিংগী পুন্সিগী খোঙচত্তা মাঙক্তোননা খঙদোকপদা মতেঙ ওইনবগী থবক্ত। পূকচেল চাউরবা মণিপুর সরকারগী মহৈ লোয়শঙগী কর্ত্তৃপক্ষনা মতেং পাংবিরকখি। মসিগীদমক কর্ত্তৃপক্ষগী মক্কমদা তৌমিল উচ্চরি।

অরোয়বদা পঞ্জনিঙবদি লাইরিক মচা অসিবু ইরৈবাক মচাশিংগী য়ুমথোং খুদিংদা নৈনবিরবদি হোংনজবগী মহ য়াঞ্জবগী হরাউবগা লোয়ননা পুন্সিগী লম্মন তোল্লে লৌজগনি। অশোয়-অঙাম য়াওবা পুম্বস্তু তুংগী খুংনমদা চুমথোক্লবা তাঞ্জা থমজরি। ঙাকপীগনি।

নোঞ্জরিবা—
শ্রীশারুংবম ময়ূরধ্বজ সিংহ
চন্দ্র সিদ্ধান্ত

# য়াউফম তাকপা

## প্রথম খণ্ড

| হীরম | | লামাঙ্ক |
|---|---|---|
| ১। | তংনবা, থাশি মায়কৈ, লাইজাউ লৈবা মায়কৈ | — ১ |
| ২। | হাকথি খনবগী মায়কৈ, অপোকপা খুরুম্বা, খুজিল শন্নচিংবা ককপা | — ২ |
| ৩। | পুখ্রি গুহা তৌবা, থৱাম্মিচাক অচঙ-অথোক | — ৩ |
| ৪। | স্বরোদয় | — ৪ |
| ৫। | চহিগী ফল | — ৬ |
| ৬। | যুগকী ফল, বঙ্গাল তারিখ | — ৮ |
| ৭। | ইংখোল অনেম-অৱাং, পুখ্রি লৈবা ভাবচিন্তা | — ১০ |
| ৮। | মথং বিচার | — ১১ |
| ৯। | ধনভাব, সহজ | — ১২ |
| ১০। | বন্ধু. পুত্র | — ১৩ |
| ১১। | রিপু, জায়া, নিধণ ধর্ম্ম | — ১৪ |
| ১২। | কর্ম্ম, আয়, ব্যয় | — ১৫ |
| ১৩। | মুমিং খুদিংগী দশাগী ফল য়েংবা | — ১৬ |
| ১৪। | রাশি চক্রদা বিচার তৌবা | — ১৭ |
| ১৫। | ঘাতচন্দ্র কত্তবা মুমিত্তা চন্দ্র লৈবা স্পন্দন | — ১৮ |
| ১৬। | জ্যেষ্ঠী পতন (চুমতাবা) | — ২০ |
| ১৭। | ক্বাক খোংবা | — ২১ |
| ১৮। | মুপীগী গর্ভ চঙলে খঙনবা | — ২৩ |
| ১৯। | মুংথিল লুহোংবা ফত্তে মঙগী ফল | — ২৪ |
| ২০। | ত্রহস্পর্শ | — ২৭ |
| ২১। | য়ুমদা উচেক তোংবা | — ২৮ |

# অনিশুবা শরুক

# সর্ব্বোদয় জ্যোতিষ

ওঁ

**শ্রী ১০৮ গোবিন্দঃ শরণম্**

## মণিপুরগী থাঙ্জৎতা তৎনবা হায়গে।

শজিভূ, থৌরাল, পোইন্নু—নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা
কালেন, লাংবন, ৱাকচিং—য়ুমশকৈশ, ইরাই
ইঙা, মেরা, ফাইরেন—লৈপাকপোকপা
ইঙেল, হিয়াঙ্গৈ, লমদা—শগোলশেল, থাংজ তৎনৈ।

থাগী তৎনবা নুমিৎ অসিদা তেকশন হল্লিন্দনবা থবক তৌগনি। অফবা থবক তৌবা ফত্তে।

## থাশি মায়কৈ।

শজিভূ, থৌরাল, পোইন্নু—চিংখৈ। কালেন, লাংবন. ৱাকচিং—অৱাং। ইঙা, মেরা, ফাইরেন—নোংচুপ। ইঙেল, হিয়াংঙ্গৈ, লমদা—কৌক্রদা থাশি ওই। থাগী থাশি মায়কৈদা মী, শল, ইরোই, শামুনচিংবা পুবা ফত্তে।

## লাইজাউ লৈবা মায়কৈ।

তিথি, থা নোংমা পানবদগী অমাবস্যা ফাওবা।

তিথি ১।৬।১১।১৬।২১।২৬ দা নোংপোক্তা।

তিথি ২।৭।১২।১৭।২২।২৭ দা মখাদা।

তিথি ৩।৮।১৩।১৮।২৩।২৮ দা নোংচুপ্তা।

তিথি ৪।৯।১৪।১৯।২৪।২৯ দা অৱাংদা।

তিথি ৫।১০।১৫।২০।২৫।৩০ দা থক-খাদা।

লাইজাউ লৈবা মায়কৈদা চৎথোক-চৎশিন ফত্তে। থক-খা লৈবদা, উ-কাবা অমস্তুং পুখ্রি তৌবা ফত্তে। খুদোংথীবা তাগল্লি।

## হাকথি খনবগী মায়কৈ।

১। নোংপোক ওন্না খল্লগা পুক্লিং নুংঙাইতে। ২। মৈৱম ওন্না খল্লগা অকনবা পাউ তায়এ। ৩। মখা ওন্না খল্লগা পোৎচৈ ফংএ। পাউস্থু তায়এ। ৪। মোইৱাংলাইজি ওন্না খল্লগা লল-থুম অপাম্বা ফংএ। ৫। নোংচুপ ওন্না খল্লগা অফবা ফত্তবা লৈতে। ৬। কৌত্রু ওন্না খল্লগা পুক থল্লি। মী কায়নৈএ। ৭। অৱাং ওন্না খল্লগা ঈশিং পুল অথনবগুম্মি, ফৈ। ৮। চিংখৈ ওন্না খল্লগা নারবদি ৱাই, নিংবদি থুংই।

## অপোকপা খুরম্বা থা হায়গে।

১। ইঙা থাদা খুরম্বদি—লল নিবা। ২। লাংবন থাদা খুরম্বদি—ইচা-ধারা নিবা। ৩। পোইনু থাদা খুরম্বদি—পুন্সি নিবা, ফমনিবা ফৈ।

## খুজিন, শম্‌নচিংবা ককপা।

১। নিংথোকাবা, য়ূমশকৈশ নুমিৎ অনি অসিদা তৌবিবা ফৈ। ২। নোংমাইজিং নুমিৎতা কক্লবদি লল চৎলে। খোইদো

শাউগৎলে। ৩। লৈপাকপোকপা মুমিৎতা কল্লবদি পাঙ্গল ময়েং তাই, পুন্সি ৱাৎলি। ৪। শগোলশেল মুমিৎতা কল্লবদি মীমাং ফমই, ইকাইবা নংএ। ৫। ইরাইদা কল্লবদি ফম্বী ময়েং তাইএ। ৬। থাংজ মুমিৎতা কল্লবদি মথক্তা হায়রিবা পূম্নমক ফংএ।

## পুখ্রি, গুহা তৌবা।

পুখ্রি, গুহানচিংবা তৌবদা মি তাবগী মথক্তা য়োৎনা কক্তুনা তৌগ্রবদি মীনচিংবা জীব পানবা তাদুনা শিগল্লি।

## থবানমিচাক অচঙ অথোক।

১। অচঙবা নক্ষত্র— ৫।৬।১১।১২।১৫।১৬।১৭।১৮।২০।২১।২৩।২৬ ২৭ রেবতীনচিংবা।

২। অথোকপা নক্ষত্র—২।৩।৮।১৪।১৯।২৪

৩। অচঙ অথোক নক্ষত্র—১।৪।৭।৯।১০।১৩।২২।২৫

৪। মমিৎ তাঙবা নক্ষত্র—৪।৮।১২।১৬।২০।২৩।২৭

৫। মমিৎ নামা তাঙবা নক্ষত্র—৬।১০।১৪।১৮।২২।২৫।২

৬। মিৎচেৎ নামা তাঙবা নক্ষত্র—৫।৯।১৩।১৭।২১।২৪।১

৭। মমিৎ তাঙদবা নক্ষত্র—৭।১১।১৫।১৯।২৬।৩

৮। নক্ষত্র অচঙবদা পোৎচৈ লৌশিনবা, লৈশিনবা ফৈ। অথোকপা পোৎচৈ পীথোকপা ফত্তে। নক্ষত্র অচঙ অথোকপদা পোৎ চৈ পীথোক-পীশিন ফৈ।

৯। নক্ষত্র মমিৎ তাঙবদা মাঙগ্রবদি পোৎ অদু নক্না লৈ। নক্ষত্র মমিৎ নামা তাঙবদা পোৎ মাঙগ্রবদি লমদা লৈ। পাউ তাইএ।

নক্ষত্র মিংচেৎ নাবদা মাঙগ্রবদি থিম্না ফংই। নক্ষত্র মমিৎ তাঙদবদা মাঙগ্রবদি খঙলয়োই।

## স্বরোদয়

১। নিংথৌকাবা, য়ুমশকৈশ, ইরাই মুমিৎ ৩ নি অসিদা নাতোন ওয়দা স্বর হোবা কালদা যাত্রা তৌরবদি নীংবা থুংএ।

২। নোংমাইজিং, লৈপাকপোকপা, শগোলশেল, থাংজ মুমিৎ (৪) মরীনি অসিদা নাতোন য়েৎতা স্বর হোবা কালদা যাত্রা তৌরবদি নীংবা থুংএ। ওন্নরবদি ফত্তে।

৩। নিংথৌকাবা, য়ুমশকৈশ, ইরাই মুমিৎকী মুমিৎ থোকপা কালদা নাতোন ওয়দা স্বর লৈরবদি মাদুগী মুমিৎ অদু ওইজ-ওইথক ফংই। নীংবা থুংই। হকচাং মুংঙাই।

৪। নোংমাইজিং, লৈপাকপোকপা, শগোলশেল, থাংজ মুমিৎ অসিগী অয়ূক মুমিৎ থোকপা কালদা য়েত্তা স্বর লৈরবদি ওইজ-ওইথক ফংই। নীংবা থুংই। হকচাং মুংঙাইএ। ওন্নরবদি ফত্তে।

৫। য়েৎ থংবা নাতোন্দা স্বর হোবা কালদা চাক চাবা, স্ত্রীসঙ্গ ওইবা, মাংবনচিংবা থবক তৌগনি।

৬। ওয় থংবা নাতোন্দা স্বর হোবা মতমদা নম্বর ৫ গীদা হায়রিবা থবক অসি তৌবা য়াদে। ফত্তে, করিগুম্বা স্বরদি অফবা মায়কৈ থোকত্রবদি স্বর অহোবা মায়কৈদা স্বর চিংশিল্লগা খোঙ থাংগনি।

৭। নাতোন অনিমক স্বর হোবা মান্নবা, ফুনবা মান্নবা কালবু স্বর সন্ধি কৌই। মতমসিদা যাত্রা তৌবা, থবক পূম্নমক তৌবা ফত্তে। কনাগুম্বা মীনা পাউ হায়রবস্থ অফবা নত্তে ফত্তবা পাউনি।

অদুগা করিগুম্বা অমা তৌরবস্থ অমাঙবা ওইগনি অমসুং অঙাং নিপা পোক্কদ্রা, নুপী পোকদ্রা হংলবস্থ অশিবা ওইরগদবনি। য়েন্তা স্বর লৈবা কান্দা কনাগুম্বনা য়েৎলোমদা লৈদুনা পাউ হংলবদি খ্বাইদগী হেনবা অফবা ফল পী। অঙাং পোকপগী পাউ ওইরবস্থ নিপা পোকপা ওই।

৮। ওয়রোমদা স্বর লৈবা কান্দা, ওয়রোমদা লৈদুনা পাউ হংবা অমসুং ৱা হায়বা অফবা ওই। অঙাং নিপা নুপীগী ভাব হংলবস্থ নত্রগা ঙাঙলবস্থ নুপী ওই।

৯। অদুগা স্বরনা য়েন্তা লৈবদা ৱা হংবা, ৱা হায়বদা ওইদা লেপ্তুনা হংবা হায়বা তৌরবদি থবক অদু বেরা লৈ হায়না খঙনগনি। অঙাংনচিংবা জীব পানবা হংলবা ওইরবস্থ নিপা ওইদি হায়ববু অৱাবা থরদি মশাদা লৈ অস্নুম্না খঙনগনি।

১০। স্বর হায়বা অসি পুং ১।১ অমমম য়েৎ ওয়দা শীন্নদুনা লৈ। পুং ২৪ শীন্নদুনা লৈ।

১১। শজিভূ চৈরাওবা নুমিত্তা নোংমদুমা নাতোন নামতদা স্বর লৈরবা মী অদু চহি অদুগী মনুংদা শোয়দনা শিগনি। অয়ুক্কী হৌগৎলমদাইদা নাতোন অনিমক স্বর হোবা মান্নরবা মতম অদুবু বিষুবযোগ কৌই। নুতিগী অয়ুক হৌগৎলমদাইদা

মান্নবা অদুনা শুমিৎ ৭ নি মান্নরবদি ঈশ্বরবু থম্মোয়দা কাউ-রগনু ঈশ্বর খুয়া য়োরগনি।

১২। মথক্তা হায়খিবা স্বর অসিনা চুম্না লাকলিডৈ কৈ। স্বর কারন তারবা হায়বদি ওইদা হোগদবা স্বরনা য়েক্তা হোবা, য়েক্তা হোগদবা শুমিৎনা ওইদা হোরবদি শোয়দনা নাগনি। অনাবা মীগী স্বরদি অরেপ্পা পুং লৈতে। নারম্ মতমদা নাকল অমত্তা ওইবা নক্ত্রগা নাত্তোন ২ মক স্বর ফুনবা ওইরবস্থ মতম অদুদা স্বর লৈবা মায়কৈদা ফুলহনবা ঙম্বা অদুগা অফুনবনা হোহনবা ঙম্নবদি অনাবা অদু থুনা কোক্লকনি।

## চাঁহগী ফল

১। চহিবু ৭ না য়েল্লু, ১ লেম্বা অচঙ-অথোক কৈ। ২ লেম্বা অপানবা চঙবা কৈ। ৩ লেম্বা মহূ পানবনা য়েংথি। ৪ লেম্বা মখোঙ ৪ পানবা চঙএ। ৫ লেম্বা থন্বায় পানবা চঙই, ফত্তে। ৬ লেম্বা অপানবা চঙবা ফত্তে। ০ লেম্বা পূম্নমক ফত্তে। সুপীদি নাক্রবদি ১।৩।৫।৭ লেম্বদি জীব পানবা চঙঙে।

২। কনাগুম্বা মী অমা নাবদগী শিবা তারবদি য়েংউ মাগী চহিদা ২ না য়েল্লু, ১ লেম্বা থা পানথৎলকপদা, ০ লেম্বা থা শিথরকপদা শিএ।

৩। চহিদা ৯ তিল্লু ৩ না পুরিউ ৭ না য়েল্লু ১ লেম্বা ব্রাথোকএ। পোৎমাঙ-চৈমাঙ, থৎনা-চৈনবা য়াম্মে। ২ লেম্বা লল ফংএ। ৩ লেম্বা লল ফংএ। অন্না-অনা নংএ। ৪ লেম্বা মখোঙ ৪ পানবা ফংএ। ৫ লেম্বা মীনা চাল্লে। লৌ-ইংখোল

ফংএ। ৬ লেম্বা লল ফংএ। ০ লেম্বা লম লাপ্পা চৎলে, লল তানবদা লল ফংদে। মখোঙ-মথুৎ শোকএ। অৱা-অনা নংএ। লম্বোইবা ওইরবদি য়ুমদা লৈএ।

৪। শজিভূ থাদা পোকপদি চহি ১।৪ ফত্তে। চহি ১৫ স্থু মৈদা, ঈশিংদা অৱাবা নংগল্লি। চহি ৩০।৩৫ স্থু অৱাবা নংবা লৈ। কালেন থাদা পোকপদি চহি ২।৪ ফত্তে। চহি ৭ ফত্তে। চহি ১০।১১ অৱাবা নংএ। চহি ১৫।২৫।৩৬।৪৩।৭৮ ফত্তে অৱা-অনা লৈ। ইঙা থাদা পোকপদি চহি ২।১৪।২৮।৪৫ দি অৱাবা নংএ। চহি ৪৭ লল ফংএ। চহি ৫৬ লাংকমনে। চহি ৭২ য়াম্না ফৈ। ইঙেল থাদা পোকপদি চহি ৩।২৭ ফত্তে। চহি ৪৬ লল ফংএ। চহি ৫৭ ফত্তে। চহি ৬৫ লল ফংএ। চহি ৭৩ ফত্তে। থৌৱান থাদা পোকপদি চহি ৪।১৫।২১।৩১।৪৬।৪৮ ফত্তে। লাংবন থাদা পোকপদি চহি ৩।২১।৩৬ ফত্তে। চহি ৫৫ লল ফংএ। চহি ৫৮ ফম নাইএ। চহি ৬২।৭৮ ফত্তে। মেৱা থাদা পোকপদি চহি ৪।৬।১০।২১।৩১।৫৫।৮১ ফত্তে। য়াম্না চোকশিনবিয়ু অৱা-অনা লৈ। হিয়াঙ্গৈ থাদা পোকপদি চহি ৩।৭ ফত্তে, মশা তিনকং লাইকংএ। চহি ৮ য়াম্না ফৈ। চহি ১৬।২৭।৪৪।৫৭ ফত্তে। পোইন্থু থাদা পোকপদি চহি ৭।১৪।৪২।৪৬।৫৫ ফত্তে অৱা-অনা লৈ। ৱাকচিং থাদা পোকপদি চহি ১।২।৭।১৪ ফত্তে। চহি ২০।২৬ য়াম্না ফৈ। চহি ৩১ ফত্তে। চহি ৪৫ লল ফংএ। চহি ৪৮ ফম নাইএ। চহি ৫৮ ফত্তে। চহি ৬১ ফত্তে। চহি ৮০ ফত্তে। ফাইরেন থাদা পোকপদি

চহি ২।৭।২৭।২৯ ফত্তে। চহি ৫২ ফংএ। চহি ৬৫।৮৮ ফত্তে। লমদা থাদা পোকপদি চহি ২।১০।৩৩।৪৬ ফত্তে। চহি ৭৬ লল ফংএ। চহি ৭৯ ফত্তে।

## যুগকী ফল

চহিবু ৯ না য়েল্লু, ১ লেম্লবদি রাজযুগনি। নিংথৌ মচানা নিংথৌ ওইএ, অরাম্বনা ফম নাইএ। ২ লেম্বা ধনযুগ, ইচাক-ইরল ফংএ। মীনদি মুংশিদে। ৩ লেম্বা শিলাযুগ, কর্ম্ম য়াম্না তৌগল্লি। নাদ্রিঙৈ ফৈ। নারবদি হিদাক লাংথক তৌবদা ফৎকন্দে। ৪ লেম্বা কর্ম্মযুগ, অফবা তৌরবদি ফৈএ। ফত্তবা তৌরবদি ৱাথোকএ। ৫ লেম্বা ছত্রযুগ, অৱা-অনা নংগল্লি। ৬ লেম্বা ঋপুযুগ, নানিং-শানিং তৌএ। মীনা কল্লক য়েংথীএ। লম লাপ্না চৎকল্লে। ৭ লেম্বা চারিযুগ, লংফৈ চৎলে। ৮ লেম্বা জয়যুগ, য়াইফবা ফংএ। ৯ লেম্বা দুঃখযুগ, অৱাবা ফংএ।

চহিদগী ১৯ খাইদোকউ ৮ না য়েল্লু অরেম্বা অদু মশাগী মপোক মুমিত্তগী হৌনা থীদুনা তাবা মুমিৎ অদুদা পোকপা মীতিন্নবা ফত্তে।

## বাঙ্গলা তারিখ।

বাঙ্গলা তারিখপু মীতৈনা সংক্রান্তি কৌই, সংক্রান্তি অফবা ৩।৫।৭।৯।১২।১৪।১৬।১৮।২১।২৩।২৫।২৭।৩০।৩২ সংক্রান্তি অসিদা থবক তৌবা ফৈ। মৈ হৌবা সংক্রান্তি ২।১০।২০।২৯ অসিদা ফিরোন লৈরবদি মৈ চাকই। অশিবা সংক্রান্তি ১।১০।১৯।২৮ অসিদা থবক তৌবা অমম্মুং ফিরোন লৈরবদি অশিবা নংএ।

ৱাকোংবা সংক্রান্তি ৪।১৩।২২।৩১ অসিদা থবক-ইনথাঙ তৌরবদি ৱাকোংএ।

| | | |
|---|---|---|
| (চীংখৈ) লাংজা | (নোংপোক) ফীরান | (মৈরম) মৈখু |
| (অৱাং) শামু | (ময়ায়) শঙ্গায় | (মখা) নোংশা |
| (কৌক্রু) লোলা | (নোংচুপ) তম্ফা | (শম্ৎহোং) লমহূই |

ইংখোল অমদা য়ুম্ফম ৯ থোকই। মসিগী লাংজা, ফীরান; মৈখু মফম অহুম অসি য়ুম শাবা ফত্তে।

শঙ্গায় য়ুম্ফমদগী থরা হন্থনা তম্ফা য়ুম্ফমলোমদা চঙশিননা শঙ্গায় য়ুম্ফমস্থু থরস্থু শোক্লা শাগনি। মসিনা খ্বাইদগী হেম্না ফৈ।

লমহূই, নোংশা য়ুম্ফমদা শাবা ময়ায় ওইনা ফৈ। লোলা য়ুম্ফমদি শাবা পাঙদে।

ইংখোল কারন হায়বদি ইংখোল মনিংদগী মমাঙ ফাওবা থৌরী ভিংলগা অদুগী তংখাই (ময়ায়) অদুবু ইংখোল কারন কৌই।

ইংখোল কারন হায়বা অসি থোঙজিন কাম্থোকপদা থম্বা অমা নত্রগা য়ুম জুরিদগী খুবোম অমা চৎথোক্লগা থম্বা ফৈ। জুরিদা থম্বদি অঙাং তাগল্লি, খাংলেনফমদা থম্বদি মী শিগল্লি। ইমুংগী লময়ায়দা থম্বস্থু অঙাং-মুবী য়াম্না নাগল্লি।

## ইংখোল অনেম অরাং।

ইংখোলগী নোংপোক্পা নেম্নবদি চাওখৎলি। অরাং নেম্বনা শেল চঙএ। মখা নেম্বদি অশি-অনা নংএ। নোংচুপ নেম্বনা শেল চৎলি।

## পুখি্র লৈবা।

নোংপোক্তা পুখ্রি লৈবনা মচা পুন্সিদে। মৈরমদা লৈরগা মৈগী অকিবা ফংএ। মখাদা লৈরগা য়েক্কবা য়ামএ। শম্থোংদা লৈরগা মুপীগা খৎনগল্লি। নোংচুপ্তা লৈরগা মুপী ফত্তে। কোৎক্রদা লৈরগা শেল চঙদে। অরাংদা লৈরগা শেল চঙএ। চিংখৈদা লৈরগা মচা-মশু চাওখৎলি।

## ভাবচিন্তা।

লগ্নদা লৈবা জাগাবু তনুভাব ওই। তনুভাবতাঃ—হকচাং, কুচু, হকচাংগী খুদমনে, পুন্সিনে, অরাবা, অনংবা, জাৎ, পুকচেল য়েংগনি। ধনভাবঃ—লগ্নদগী থীবদা অনিশুবা কা অদুবু ধনভাব ওই, মাদুদা শেল-থুম, সনা-লুপানচিংবা অমসুং মরুপ্নচিংবা য়েংগনি। সহজঃ—লগ্নদগী অহুমশুবা কা অদুবু সহজ কৌই। ইচিন-ইনাও, মীনাই, মপাগী থবক মাঙবা, মথৌনা লৈবা থবক অসি য়েংগনি। বন্ধুঃ—লগ্নদগী মরিশুবা কা অদুবু বন্ধু কৌই। য়ুম্ফম, মুংঙাইবা, য়াইফবা, মরুপ, লৌ-ইংখোল, বুদ্ধি-লৌশিং য়েংগনি। পুত্রঃ - লগ্নদগী মঙাশুবা কা অদুবু পুত্র কৌই। লল-থুমগী উপায়, মচা, মহৈ, মন্দ্রনচিংবা য়েংগনি। ঋপুঃ —লগ্নদগী তরুকশুবা কা অদুবু ঋপু কৌই। অনাবা, য়েক্কবা, অকিবা, উরিং, মখোঙ ( মরি )

শানবগী রাখল, মমাগী রাখল য়েংগনি। জয়া ঃ- লগ্নদগী ৭ শুবা কা অদুবু জয়া কৌই। খুৎনবা-চৈনবা, রাথোকপা, লল্লোন-ইতিকপা, নুপীগী মরম প্রুমক য়েংগনি। নিধন ঃ—লগ্নদগী ৮শুবা কা অদুবু অশিবা মফম কৌই। মসিদা অরিবা পোৎ-চৈ, মীগী লল, লান শোক্রবা, য়েক্রবা, অশিবা, অমাঙবা, পুক্রিং রাবা অসিনচিবা য়েংগনি। ধর্ম্মঃ—লগ্নগী মাপলশুবা কা অদুবু ধর্ম্ম কৌই। মদুদা ধর্ম্ম লৈ, লৈতে, লাইবাক ফৈ, ফত্তে। যাত্রা, শান্নবা, রাখল, রজিনচিংবা য়েংগনি। কর্ম্মঃ— লগ্নগী তরাশুবা কা অদুবু কর্ম্ম কৌই। মদুদা শেল, পূণ্য, থবক তৌবা, কর্ম্মনচিংবা য়েংগনি। আয় ঃ- লগ্নগী তরামাথোইশুবা কা অদুবু আয় কৌই। ফৌ চেং, ললগী মতেং, শগোল, শামু, মুপীগী মরুপ ওইবগী বিচার তৌগনি। ব্যয় ঃ- লগ্নগী তরানিথোইশুবা কা অদুবু ব্যয় কৌই। য়েক্রবা, অকা-অপুন, অরা-অনা, শেল চৎপা য়েংগনি।

## মথং বিচার।

লগ্নদগী ৪।৭।১০ শুবা মফমবু কেন্দ্র কৌই। মফমশিং অসিদা গ্রহদি মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি।

অদুগা লগ্নদা লৈবা গ্রহনা থোইদোক্না কনবা হেল্লি। লগ্নদগী ৫।৯।১১ শুবা মফমশিংসু মপাঙ্গল কনবা হেল্লি। লগ্নদা রবি লৈরবদি নহা অঙাং ওইরিবা নাগল্লি। মমিৎ নাগল্লি। লগ্নদা চন্দ্র লৈরগা হৈ-শিংই, ফজৈ। মঙ্গল লৈরগা নুংশং

থুংই। পাপ কর্ম্ম তৌই। বুধ লৈরগা মশক ফজে। মহৈ হৈ। লমচৎ ফৈ। মাইবগী বিদ্যা হৈ।

বৃহস্পতি লৈরগা মুংঙাই য়াইফৈ। লাইরিক হৈ, দান তৌই। পীজ-পীথক ফৈ।

শুক্র লৈরগা মহৈ হৈ। য়েক খোৎপগী থবক হৈ। শনি লৈরগা মুংশিৎকী লায়না, ধাতু-নুংশংনচিংবা হকচাং শোনবা তৌএ।

রাহু লৈরগা পাপকী লম্বেল চৎলি। মমিৎ ঙাঙগল্লি।

কেতু লৈরগা মুংশিৎকী অনাবা পী। মিৎ নাগল্লি। ঙৌদোং লৈগল্লি। রাখল খনগল্লি।

## ধনভাব।

ধনভাবতা রবি লৈরগা লাইরৈ। অঙাঙবা পোৎ কোরিদগী পৈশা ফংবা ওই। অরাবা ওই। মতু-মচা তাঙই।

চন্দ্র লৈরগা লক্ষ্মী চেল্লি, পৈশা লৈ। মঙ্গল লৈরগা লৌউবা পল্লে। লংফৈ চৎকল্লি, বুধ লৈরগা অচুম্বা রা ঙাঙই লৌশিং শিংই। মরাইবক ফৈ।

বৃহস্পতি লৈরগা ইনাক খুল্লি। শুক্র লৈরগা মুপীগী মরলনা ইনাক খুল্লি, মহৈনা মরল ফংই। শনি লৈরগা কর্ম্ম ফত্তে। শীং-য়োৎ লল্লোনবা ফৈ। রাহু লৈরগা মতম অয়াম্বা অরাবা ওই। কেতু লৈরগা সম্পত্তি মাঙই। চিন নাই।

## সহজ।

সহজভাবতা রবি লৈরগা মনাও মাঙহনবা, মতু-মচা তিম্নদবা ওই, মগুণদি লৈ। চন্দ্র লৈরগা মুংঙাইবা ওই। মঙ্গল

লৈরগা পুন্সি শাংই। লৌউবা পক্লে। বুধ লৈরগা লাইবক ফৈ। বৃহস্পতি লৈরগা অফ-ফত্ত য়াম্না য়েৎনৈ। শুক্র লৈরগা মুংঙাই। শনি লৈরগা মতু-মচা য়াম্মী, মুংঙাই। রাহু কেতু লৈরগা মচিন-মনাও মাঙই। মরাইবক ফৈ।

## বন্ধু।

বন্ধুভাবতা রবি লৈরগা মরুপ মাঙই। সম্পত্তি য়াম্না লৈ। চন্দ্র লৈরগা ফুরা-দলানগী মপু ওই। মঙ্গল লৈরগা মরুপ লৈতে। লৌউবা ফৈ। ময়াং কংই। পুকচেল চুমদে। বুধ লৈরগা মরুপ য়ামই। লল য়াম্না লৈ। বৃহস্পতি লৈরগা পুম্নমক্তা মুংঙাইএ। মীনা চাল্লি। শুক্র লৈরগা অথোইবা মী অমা ওই। শনি লৈরগা মরুপ লৈতে অরাবা ওই। রাহু লৈরগা পাপকী থবক্তা মায় ওনশীল্লি। কেতু লৈরগা মরুপ লৈতে। অরাবা য়ামই।

## পুত্র।

পুত্রভাবতা রবি লৈরগা অঙাং ওইরিঙৈদা মুংঙাই। অহল ওইরগা নাগল্লি। মচা তাঙই। চন্দ্র লৈরগা মরাইবক ফৈ। মঙ্গল লৈরগা লাইরৈ। মচা তাঙই। বুধ লৈরগা মচা য়াম্না ফৈ। বৃহস্পতি লৈরগা মীনা চাল্লি। মতু-মচা য়ামই। শুক্র লৈরগা পীজ-পীথক ফৈ। মচা য়ামই। ইনাক খুল্লি। রাহু লৈরগা মচা তাঙই। কেতু লৈরগা মুংশিৎকী লায়না লৈগনি। শনি লৈরগা মচা মাঙই। মচা তাঙই।

## ঋপু।

ঋপুভাবতা রবি লৈরগা ময়াং কংই, য়েরুবা মাঙই, চন্দ্র লৈরগা মুংঙাই য়াইফে। মঙ্গল লৈরগা শাউগল্লি। বুধ লৈরগা য়েরুবা মাঙই। বৃহস্পতি লৈরগা মুংঙাই। শুক্র লৈরগা ফে। শনি, রাহু, কেতু লৈরগা মুংঙাই।

## জায়া।

জায়াভাবতা রবি লৈরগা মুপী ফত্তে। চন্দ্র লৈরগা মুপী ফে। মঙ্গল লৈরগা মুপী মাঙই, শি। বুধ লৈরগা মুপী ফে। বৃহস্পতি লৈরগা পুন্সি শাংই। মুপী ফে। শুক্র লৈরগা ইনাক খুল্লি। অফবা মুপী ফংই। শনি লৈরগা মুপী মাঙই। রাহু লৈরগা মুপী ফত্তে। কেতু লৈরগা পুক্লিং বায়।

## নিধন (মৃতু)।

নিধনভাবতা রবি লৈরগা বজ্রনা শোকপা, লিশনা চীকপা পী। চন্দ্র লৈরগা লোক্কী অকনবা লায়নানা ময়াং কংহুনা রায়। মঙ্গল লৈরগা লোক্কী অনাবা অমসুং থুৎশু-থুলায়না শোকপা পী। বুধ লৈরগা অথিনবা পী। বৃহস্পতি লৈরগা অনা অয়েক অকনবা লৈতে। শুক্র লৈরবসু ফে অনা-অয়েক লৈতে। শনি লৈরগা অৱাবা পী। রাহু লৈরগা ফত্তবা মী ওই। কেতু লৈরগা শৌচনচিংবদা ফত্তবা পী।

## ধর্ম্ম (লাইবক)।

ধর্ম্মভাবতা রবি লৈরবদি ধর্ম্ম (লাইবক) ফবা রাৎলি। চন্দ্র লৈরগা ধর্ম্ম চেনবা মী ওই। মঙ্গল লৈরগা অনাবা পী।

লাইবক ফত্তে। বুধনা লৈরগা লাইবক ফৈ। বৃহস্পতি লৈরগা ইনাক খুল্লি। ধর্ম্ম লৈ। শুক্র লৈরগা লাই-গুরুদা ভক্তি লৈ। শনি লৈরগা শাউগল্লি। লাইরৈ। রাহু লৈরগা পাপ কর্ম্ম তৌই। কেতু লৈরগা ম্লেচ্ছদগী লাইবক ফবা ফংই। য়াম্না নাগল্লি।

## কর্ম্ম।

কর্ম্মভাবতা রবি লৈরগা মিৎ নাগল্লি। অহল-লমনগী লল য়াম্না ফংই। চন্দ্র লৈরগা ইনাক খুল্লি। ময়াং কংই। মঙ্গল লৈরগা খুংগু-খুলাই হৈ। শাউগল্লি। বুধ লৈরগা ইনাক কৈরাক খুল্লি। বৃহস্পতি লৈরগা য়াম্না নুংঙাইএ। শুক্র লৈরগা নুপ্রীদগী লল ফংই। মিৎ নাগল্লি। নুংঙাইএ। শনি লৈরগা শাউগল্লি। রাহু লৈরগা রায়। কেতু লৈরগা মপা রায়।

## আয়।

আয়ভাবতা রবি লৈরগা ইনাক খুল্লি। চন্দ্র লৈরগা মরাইবক ফৈ। মঙ্গল লৈরগা মীগী মপোৎ পামগল্লি। মরাইবক ফৈ। বুধ লৈরগা ইনাক খুল্লি। বৃহস্পতি লৈরগা ইনাক খুল্লি। নাগল্লি। শুক্র লৈরগা নোকল্লি। গুণ চেল্লি। শনি লৈরগা ইনাক খুল্লি। রাহু লৈরগা পীজ-পীথক ফৈ। কেতু লৈরগা পুক্না নুংশিত্তগী পোকপা অনাবা, মতুম লৈগল্লি। মচানা মরাইবক থী।

## ব্যয়।

ব্যয়ভাবতা রবি লৈরগা কৈগন্দা নাবা লৈ। লল থরদা লৈবা ওই। চন্দ্র লৈরগা নুপী য়ামই। মিং নাই। মঙ্গল

লৈরগা রাই। বুধ লৈরগা পাপ কর্ম্ম তৌই। বৃহস্পতি লৈরগা অচুম্বা রা ঙাঙই। লাইবক কৈ। শৌচথোঙদা অনাবা পী। শুক্র লৈরগা ময়াং কংই। মোৎলি। শনি লৈরগা শাউগল্লি। রাহু লৈরগা ধর্ম্ম রাৎলি। লাইরৈ। কেতু লৈরগা চনিঙ, শৌচথোঙ, মিৎতা অনাবা পী। অফবা থবক্তা শেল চংলি।

## নুমিৎ খুদিংগী দশাগী ফল য়েংবা।

নুমিৎ অদুগী তিথি, নক্ষত্র, বার, মশাগী জন্ম নক্ষত্র মশীং পুম্নমক অসি তিনশিল্লু। অদুগা ৮ না য়েল্লু ১ লেম্বা রবিগী দশানি শেল মাঙই। ২ লেম্বা চন্দ্রগী দশানি ধর্ম্ম অমসুং লল ফংই। ৩ লেম্বা মঙ্গলগী দশানি খুৎলায়না শোকই। ৪ লেম্বা বুধগী দশানি সম্পত্তি ফংই। ৫ লেম্বা শনিগী দশানি পুক্লিং ফত্তে। ৬ লেম্বা বৃহস্পতিগী দশানি অফবা মঙ্গল ফংই। ৭ লেম্বা রাহুগী দশানি অফা-অপুন নংই। ৮ লেম্বা শুক্রগী দশানি পুক্লিং নুংঙাই। থবক চাওখৎলি। কৃষ্ণষ্টমী মতুংদগী শুক্লষ্টমী ফাওবগী চন্দ্র. রবি, মঙ্গল, শনি, রাহু, কেতু গ্রহশিং অসিনা পাপগ্রহনি অদুগা বুধদি পাপগ্রহগা তিন্নরগা পাপগ্রহ ওই। মসি নত্তবা গ্রহনা অফবা গ্রহ ওই। কৃষ্ণপক্ষগী পঞ্চমীদগী, শুক্লা পক্ষগী পঞ্চমী ফাওবা চন্দ্রগী ক্ষীনচন্দ্র ওই।

---

## রাশি চক্রদা বিচার তৌ

১। বন্ধ্যা যোগঃ— চন্দ্র, শনি, রাহু গ্রহ অষ্টম অসি লৈরবদি বন্ধ্যা তৌই।

২। অণ্ডাওবা যোগ :— লগ্নদা বৃহস্পতি অমসুং লগ্নদগী ৭শুবদা মঙ্গল লৈরদি অমদি লগ্নদা শনি লৈরগা, ৫ নত্রগা ৯ অমসুং ৭ শুবা মফমদা মঙ্গল লৈরিবদি ঙাওই।

৩। বজ্রঘাত যোগ :— মিথুন, ধনু, কুম্ভ, মিন রাশিদা গ্রহ পুম্নমক লৈরবদি বজ্রনা শোক্লুনা শি।

৪। উদ্বন্ধন যোগ :—মকর নত্রগা কুম্ভ রাশিদা শনি রাহু তিম্ননা লৈরবদি থৌরিদা শি।

৫। বংশনাশ : - রবি, শনি, রাহু অষ্টম অসিনা পুম্না রাশি অমদা লৈরবদি শাগৈ মূৎকনি।

৬। লিঙ্গচ্ছেদ যোগ : - কর্কট রাশিদা রবি অমসুং মকর রাশিদা মঙ্গল লৈরবদি লিঙ্গ কক্লুনা শি।

৭। বেশ্যাস্ত্রী : লগ্নগী ৭ শুবদা শুক্র (মোৎ অমদনা চন্দ্র) লৈরবদি নুপী অদু বেশ্যা ওই।

রবিশুদ্ধি : - রবিনা জন্ম রাশিদগী ৩।৬।১০।১১ শুবদা লৈরবদি রবিশুদ্ধি ওই। থাগী নুমিৎ ১৩ নিগী মতুংদদি রাশিদগী ২।৫।৯ শুবা মফম অদু রবিশুদ্ধি ওই।

চন্দ্রশুদ্ধি :— জন্ম রাশিদগী ১ (হায়বদি জন্ম রাশি) ৩।৬।৭। ১০।১১ শুবা লৈ, চন্দ্র অদুবু চন্দ্রশুদ্ধি অমসুং থা শেংবা কৌই।

রবিশুদ্ধি, চন্দ্রশুদ্ধি লৈবা মুমিৎ অদুদা থবক তৌবদা পুম্নমক মঙ্গল ওই।

## ঘাতচন্দ্র ফত্তবা নুমিত্তা চন্দ্র লৈবা

মেষ রাশিদা পোকপা মীদি থূৎপায়দা য়েংউ। চন্দ্রনা মেষ রাশিদা লৈবা মতম অদু ফত্তে। বৃষ রাশিগীনা কন্যা রাশিদা চন্দ্র লৈবা মতম অদু ফত্তে।

মিথুন রাশিগীনা কুম্ভদা চন্দ্র লৈবা ফত্তে। কর্কট রাশি-গীনা সিংহদা চন্দ্র লৈবা ফত্তে। সিংহগীনা মকরদা চন্দ্র লৈবা ফত্তে। কন্যাগীনা মিথুন্দা চন্দ্র লৈবা ফত্তে। তুলাগীনা ধনুদা চন্দ্র লৈবা ফত্তে। বৃশ্চিকগীনা বৃষদা চন্দ্রনা লৈবা মুমিৎ ফত্তে। ধনুগীনা মিনদা চন্দ্র লৈবা ফত্তে। মকরগীনা সিংহদা চন্দ্র লৈবা ফত্তে। কুম্ভগীনা ধনুদা চন্দ্র লৈবা ফত্তে। মিনগীনা কুম্ভ রাশিদা চন্দ্র লৈবা ফত্তে। মসি তাবা মুমিৎ অদু লংকৈ চৎপা, য়ুম যাত্রা হুনবা, শঙ্গাবা, লুহোংবা পুম্নমক ফত্তে॥

## স্পন্দন

(হকচাংদা চোংবগী মহৈ)

নিপাগীনা য়েৎ থংবা হকচাং চোংবা ফে। নুপীগীনা ওই থংবা হকচাং চোংবা ফে। নিপাগী ওই চোংবা, নুপীনা য়েৎ চোংবা ফত্তে।

## হকচাংগী মফম অয়াম্বা চোংবগী মহৈ।

১। কোক্তা চোংলগা নিংথৌনা ফাওবা ঈকায়-খুম্নবী।
২। নাইবক্তা চোংলগা অফবা মঙ্গল অমসুং অচা অথক ফংই।

৩। পিশুম চোংলগা মুংশিন্না উন্নবা ফংই। ৪। য়েৎ-থংবা মিৎ চোংলগা শেল্ল ফংই। অদুগা মরুপ উবৈ। ৫। য়েৎ-থংবা মিৎখা চোংলবদি অরা-অনা নংই। ৬। ওই থংবা মিৎ চোংলগা লল মাওই। মী থৎনৈ। লৈমা-নিংথৌদগী অকি-অথঙ ফংই। ৭। ওই-থংবা মিৎথক চোংলবদি লল ফংই। ৮। মিৎ ময়াই চোংলবদি অশিবা নংই। ৯। নাতোন চোংলবদি অশিবা নংই। মতেক ময়াদা শোক্কন-পনগনবা ওই। ১০। য়েৎথংবা নাতোনগী মনুং চোংলবদি হকচাং নাই। ১১। ওই থংবা নাতোনগী মনুং চোংলবদি অশিবা পাউ তাই। ১২। চিনবান চোংলবদি খঙহৌদনা অনাবা ফংই। ১৩। লৈ চোংলবদি মখল-মখা অয়াম্বা পোৎ ফংই। ১৪। ঙৌ চোংলবদি, মী খৎনৈ। পোৎ-চৈ ফংই। ১৫। য়েৎ থংবা না চোংলবদি মহৈ-মশিং ফংই। ১৬। ওই থংবা না চোংলবদি কোক্কা নাই। ১৭। না অনিমক চোংলবদি লল ফংই। ১৮। য়েৎ থংবা লেংবান চোংলবদি সনা ফংই। ১৯। ওই থংবা লেংবান চোংলবদি পোৎ-চৈ খজিক্তং ফংই। ২০। লেংবান অনিমক চোংলবদি কোক্কা থাংনা ককথৎখি। ২১। খৌরী চোংলবদি অরুম অমসুং পুকচৎপা ফংই। ২২। থবাক চোংলবদি হকচাং পুম্নমক নাই জয়দি ওই। ২৩। নঙ্গল চোংলবদি থিল্লি মায়থীবা ফংই। ২৪। খোমদা চোংলবদি লল ফংই। ২৫। পাম্বোম চোংলবদি মরুপ মুংশিনৈএ। ২৬। পুক্কা চোংলবদি ল্যাইবক্ক কবা অমসুং মচা ফংবা ওই। ২৭। য়েৎথংবা

খুৎ চোংলবদি পাঙ্গল কনবা হেল্লি। ২৮। ওইথংবা খুৎ চোংলবদি মী খৎনৈ। ২৯। খুন্নায় চোংলবদি য়েরুবা মীগা চান্নৈ। ৩০। কৈবোম চোংলবদি কত্তবা পাউ তাবা ফংই। ৩১। খ্বাং চোংলবদি পূক য়েক্কুনা নাই। ৩২। খোইদৌ চোংলবদি কত্তবা মণ্ড মণ্ডই। লৈকম খাদোকই। ৩৩ থুল চোংলবদি কোক খাংনা চিংবনা ককথৎলি। ৩৪। অমাংবগী খোং চোংলবদি মী খৎনৈ। লাপ্পা চৎলি। ৩৫। থুদোল চোংলবদি অথাবা পোৎ চাই।

## জ্যেষ্ঠা পতন

### ( চুম তাবা )

চুম তাবা হায়বা অসি ওইথংবা হকচাংদা তাবা ফৈ। য়েত্তা তাবা ফত্তে।

১। কোক্তা চুম তারবদি সম্পত্তি চাউখৎলি। ২। নাদা তারবদি লৈতেংনবা পোৎ ফংই। ৩। মিত্তা তারবদি মরুপ তিন্নৈ। ৪। নাতোন্দা তারবদি মনম মুংশিবা পোৎ ফংই। ৫। চিন্দা তারবদি অথুম্বা পোৎ চাই। ৬। খোরিদা তারগা নীংবা থুংই। ৭। খোমদা তারগা লাইবক ফবা ওই। ৮। থবাক্তা তারগা মী খৎনৈ। ৯। নঙ্গন্দা তারগা লৈপাক ফংই। ১০। নাকন্দা তারগা মরুপ উনবা ফংই। ১১। খ্বাংদা তারগা ফিজেৎ ফংই। ১২। অমাংবগী খোংদা তারগা শিএ। ১৩। কৈবাক্তা তারগা তোংনবা পোৎ ফংই। ১৪। কৈবোম অমসুং খুকউদা তারগা লল মাণ্ডই। ১৫। খোঙদা তারগা কোইনা চৎলি। পুন্নিং য়াম্না মুংণাইবা ফল পীএ॥

## ক্নাক খোংবা।

### ( কাক চরিত্র )

(ক) অয়ুক্কী পুং ৯ য়োম তাবা ফাওবগী মপুংদা।

১। ক্নাক্না নোংপোক্তা খোংলবদি নীংবা থুংই। মরুপ মপাং ফংই। মাঙখিবা পোৎ ফংই। ২। মৈরমদা খোংলবদি নুপী ফংই। য়েক্লবা মাঙই। ৩। মথারোমদা খোংলগা নুপী ফংই। চান্নবগা তিনৈ। নুংঙাইবা ফংএ। ৪। মোইরাংলাইজিদা খোংলগা অহাওবা চাই। মী খঙনৈ। নীংবা থুংই। মরুপ অমম্তুং নুপী ফংই। ৫। নোংচুপদা খোংলগা পূজা তৌবা য়াবা মী লাকই। ৬। কৌক্রুদা খোংলগা নুংশিবা মী তিন্নবা অমম্তুং নিংথৌ খুরম্বা ওই। ৭। চিংখৈদা খোংলগা অনীংবা অমদি নুংশিবা মী তিন্নবা, মী য়াম্না তিনবা ওই। মৈগী অকিবা ফংএ। ৮। অরাংদা খোংলগা সম্পত্তি ফংএ।

(খ) পুং ৯ তাবদগী নুমিৎ য়ুংবা মপুংদনা।

১। নোংপোকদা ক্নাকনা খোংলবদি লম্বী চৎপা, মী হল্লকপা, অৱাবা, হূরানবগী অকিবা য়াম্না চিংনবা ফংই। ২। মৈরমদা খোংলগা মী খংনবা ওই। নুপী ফংই। চান্নবা মী লাকপগী পাউ তাই। ৩। মথাদা খোংলগা য়াম্না অকি-অখং ফংই। চান্নবা মী তিল্লি। ৪। মোইরাংলাইজিদা খোংলগা থৱায় শোক্না কিবা ওই। নুপী ফংই। অনাবা কোকপা ওই। ৫। নোংচুপ্তা খোংলগা নুপী তিনৈ। নোং অমম্তুং মৈদগী অকিবা ফংই। ৬। কৌক্রুদা খোংলগা দুত লাকই।

মুপী ফংই। মাল-চাং ফংই। হূরানবা লম্মী চৎপা মীগা তিন্নবা ওই। ৭। অৱাংদা খোংলগা লল ফংই। নীংবা মী লাকই। মখোল য়াক্লা খোংলবদি হূরানবদগী অকিবা ফংই। ৮। চিং-খৈদা নীংথিজনা খোংলবদি গুরুগী মুপী লাকই। জয় ওই। মখোল য়াংনা খোংলবদি মীপাইবা নংই। মৈ অমস্থং হূরানবগী অকিবা ফংই।

(গ) মুমিৎ য়ুংবরোমদগী মুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং ৩ রোম তাবা মতমদা—

১। কাকনা নোংপোক্তা নীংথিনা খোংলবদি নীংবা থুংই। জয় ওই। অয়াকপা খোঞ্জেন্না খোংলবদি নোং অমস্থং হূরান-বগী অকিবা ফংই। ২। নৈরমদা নীংথিনা খোংলগা অৰবা পাউ তাই। তানীংদবা, অয়াকপা খোঞ্জেন্না খোংলগা খৎনৈ। য়েক্লবা পাউ তাই। ৩। মখাদা খোংলবদি থুনা অনাবা ওই। মহাক্কী মীস্থ লাকই। থবক মচা-মচা সিদ্ধি ওইদুনা পুন্নমক অৰবগী মওংদা পাংথোকই। ৪। মোইরাংলাইজি সন্থোংদা খোংলগা অহাউবা চাই। য়েক্লববু জয় তৌই। শূদ্রব্যক্তি লাকই। য়েক্লবা পাউ তাই। যাত্রা তৌদুনা চৎলবদি থবক মাঙই মঙ্গল লৈতে। ৫। নোংচুপ্তা খোংলগা অমাঙবা পোৎ ফংই। মরুপ লাকই। লাপ্না চৎলি। অপাম্বা অমস্থং জয় ওইবগী পাউ তাই। কনাগুম্বা মুপী অমস্থ লাকই। অদুগা য়াম্না নীংথিনা খোংলবদি যাত্রা ফৈ। ৬। কৌব্রুদা খোংলবদি অদুগী মুমিৎ অদু অতিংয়াদা নোংনা কুপকনি। অমাঙবা

ফংই। চান্নবা তিন্নবা, অথুম্বা রা তাবা, হূরানবা লাকপা, ফজবা নুপী ফংবা, যাত্রাস্থ কৈ। অয়াকপা খোঞ্জেন্না খোংলবদি ফস্তে। ৭। অরাংদা খোংলবদি লল ফংই। চান্নবা ফংই। যাত্রা কৈ। অফবা পাউ তাই। ৮। চিংখৈদা নীংথিনা খোংলবদি জয় ওই। অয়াবপা খোঞ্জেন্না খোংলবদি অমাঙবা অমস্থং খৎনবা চৈনবা ওই।

(ঘ) নুংথিল পুং ৩ লোম তাবদগীনা নুমিৎ তাবা ফাউবা—

১। নোংপোক্তা খোংলবদি অকিবা চাউখৎলি। নাই। লল ফংই। ২। মৈরমদা খোংলবদি অকিবা ফংই, অশিবা নংই। ৩। মখাদা খোংলবদি য়েরুবা ঙমই। অনাবা অশি-বদগী অকিবা ফংই। ৪। মোইরাংলাইজিদা খোংলবদি নীংবা থুংই। লম্বেন্দা হূরানবগা খৎনৈ। ৫। নোংচুপ্তা খোংলবদি লল ফংই। জয় ওই। ব্রাহ্মণ অমদি নুপী লাকই। ৬। কৌব্রুদা খোংলবদি চান্নবা নুপী লাকই। মতম খরগী মনুংদা লংফৈ চৎকনি। ৭। অরাংদা খোংলবদি মঙ্গলগী পাউ তাই। লল ফংই। যাত্রা তৌবদা অফবা মঙ্গল ফংই। যুমদা নাই। নারবদি শিগল্লি। ৮। চিংখৈদা খোংলবদি স্নাগী পাউ তাই। অদুগা যুমদা অনাবা লৈরবদি শি।

## নুপীগী গর্ভ চঙলে খঙনবা।

থা অহুমগী মনুংদা নিপানা-খোঙ হাকচরবদি নুপী অদু গর্ভ চঙলে খঙগনি। হায়রিবা মতম অসিদা নিপানা মিংসেল মিৎ নহা অনি লোংলবদি গর্ভ লৈরে খঙগনি।

খোঙ য়েৎ হাক্চরবদি নিপানি। ওই হাকচরগা মুপীনি। মিৎ য়েৎকী মিৎ নহা অদু লোংলগা নিপানি। ওইগী মিৎ নহা লোংলগা মুপীনি। য়েৎ লুম্লগা নিপানি। অমুম্না খঙগনি।

## মুংথিল লুহোংবা ফত্তে।

মুংথিলদা লুহোংলবদি মুপী অদুনা মচা কায়নবা অমমুং চাক্লিবা মৈগী মথক্তা লৈবগুম্না অমমুং মপুরোইববু মাঙহনবা ওই।

## মঙগী ফল।

রাশি খেন্নবা মতুং ইন্না মঙগী ফল খেন্নৈ। অনাবা, চিন্তা ভোবা মীগীদি মঙ মঙবদা অরেম্বা ওই। হকচাং শেংদবগী মঙং অমমুং শেংদবা শয্যাদা তুমলবদি ফত্তবা মঙ মঙই। লশিং, উৎ শরূ নত্তবা অঙোবা পোৎ মঙদা উবা ফৈ। শামু, শল, ব্রাহ্মণ, লাই উবা ফৈ। অমুবা পোৎ উবা ফত্তে।

## মঙদা মুংঙাইরম্বা।

মেষ—অৱাবা ফংই। বৃষ—মরুপ তিল্লি। মিথুন—লন ফংই। কর্কট—লল ফংই। সিংহ—মরুপ উই। কৈন্যা—মুংঙাই। তুলা—পোৎ-চৈ ফংই। বৃশ্চিক—মচিন মনাও ৱাই নত্রগা মরী মতাগী অৱাবা ওই। ধনু—নাই। মকর তিন্নবা ওই। কুম্ভ—শূন্য ওই। মীন—অনাবা ওই।

## ঈশিং উবা।

মেষ—অৱাবা ওই। বৃষ—অশীবা ফংই। মিথুন—শূন্য ওই। কর্কট—হকচাং মুংঙাই। সিংহ—য়েন্নৈ। কন্যা—মায়থী।

তুলা—অৱাবা ওই। বৃশ্চিক—ঈকায় খুমনৈ। ধনু—নাই। মকর—ভিম্নবা ওই। কুম্ভ—শূন্য ওই। মীন—অনাবা ওই।

মওদা ঈশিংদা হিংজুনা লৈবা জীব উবা।

মেষ—অশিবা ফংই। বৃষ—অফা-অপুন নংই। মিথুন—লল ফংই। কর্কট—পুক্লিং ৱাই। সিংহ—অকি-অধং ওই। কন্যা—লল মাঙই। তুলা—মশামক মাঙই। বৃশ্চিক—পুন্সি চিংশিনবা ওই। ধনু—অফবা পাউ তাই। মকর—ৱাই। কুম্ভ—নাই। মীন—শূন্য ওই।

মওদা ফুরা-দলাল উবা।

মেষ—অকিবা ফংই। বৃষ—অকনবা মুংশি হৈতবা ওই। মিথুন—অমাঙবা ওই। কর্কট—লল ফংই। সিংহ—কোই। কন্যা—অফবা পাউ তাই। তুলা—মহৈ য়াল্লি। বৃশ্চিক—জয় ওই। ধনু—য়াইফৈ। মকর—পুক্লিং লাংতক্লে। কুম্ভ—সফল (মহৈ য়াল্লি)। মীন—শূন্য ওই।

মওদা লৈফম হোংবা।

মেষ—চিংনবা ওই। বৃষ—হকচাং মুংঙাই। মিথুন—পাউ তাই। কর্কট—মরুপ মাঙই। সিংহ—মুংঙাইবা ফংই। কন্যা—মীনা য়েক্লে। তুলা—মাঙই। বৃশ্চিক—ঈকায় খুমনৈ। ধনু—শূন্য তাই। মকর—শাউনিংবা পোকই। কুম্ভ—অফা-অপুন্দগী অকিবা ফংই। মীন—অফবা পাউ তাই।

মওদা মৈ উবা।

মেষ—ৱাই। বৃষ—অতিথি ফংই। মিথুন—লল চাওখংলি। কর্কট—নাই। সিংহ—মাঙই। কন্যা—অৱাবা ফংই। তুলা—

পাউ তাই। বৃশ্চিক—নাই। ধনু—পাউ তাই। মকর-পাউ তাই। কুম্ভ—পুক্লিংদা অকাউবা ওই। মীন—থৱায় শোকই।

**মঙদা হাৎপা উবা।**

মেষ লুহোংই। বৃষ- মরুপ ফংই। মিথুন—ফত্তবা মী তিমৈ। কর্কট—লল ফংই। সিংহ—নাই। কন্যা-পোৎ-চৈ ফংই। তুলা-লল ফংই। বৃশ্চিক-পাপ চেনবা থবক তৌই। ধনু-শি। ঈকায়বা নংলবস্থ শিবনি। মকর—মনা ফংই। নুংঙাই। কুম্ভ—শূন্য ওই। মীন- পোৎ-চৈ ফংই।

**মঙদা লান উবা।**

মেষ—ঈকায়বা নংই। বৃষ- অকিবা ফংই। মিথুন-প্রেম ফংই। কর্কট-চাউখংলি। সিংহ-হিংসা ফংই। কন্যা-অফবা পাউ তাই। তুলা- য়েক্লৈ। বৃশ্চিক—কর্ম্ম ফংই। ধনু নুপী ফংই। মকর পাউ তাই। কুম্ভ—য়েক্লবা মাঙই। মীন—জয় ওই।

**মঙদা অনাবা উবা।**

মেষ—মায়থীবা ফংই। বৃষ—জয় ওই। মিথুন—খংনবা। কর্কট—লল মাঙবা। সিংহ—মনা ফংবা। কন্যা—লল ফংবা। তুলা—য়েক্লবা মাঙবা। বৃশ্চিক ৱাথোকপা। ধনু—নাবা। মকর জয় ওইবা। কুম্ভ—য়াম্না নুংঙাইবা। মীন—পোৎ ফংবা ওই।

**মঙদা কপ্পা।**

মেষ-কায়নবা নংই। বৃষ- অকিবা নংই। মিথুন—নুংঙাই। কর্কট-অৱাবা ওই। সিংহ-ঈকায় খুম্নবা। কন্যা—

মী খৎনবা। তুলা—মুংঙাইবা। বৃশ্চিক—চৈবা ফংই। ধনু—অকিবা ফংবা। মকর—মরুপ মাঙবা। কুম্ভ কোইবা। মীন—পাউ তাবা ওই।

## মঙদা কিরম্বা।

মেষ—কর্ম্ম ফংই। বৃষ—অৱাবা ফংই। মিথুন—ফজবা ৱাখল খল্লি। কর্কট—লাইবক ফৈ। সিংহ—নাবা। কন্যা—ললফংবা। তুলা—মীনম্বা ফল ফংই। বৃশ্চিক—মীনম্বা ফল ফংই। ধনু—পাউ তাই। মকর—খৎনৈ। কুম্ভ—পূক্লিং ৱাই। মীন পি তাই।

## ত্রিপুষ্কর যোগ।

পুনর্ব্বসু, উত্তরাষাঢ়া, কৃত্তিকা, উত্তরফল্গুনী, পূর্ব্বভাদ্রপদ, বিশাখা নক্ষত্রশিং অসিনা পানবা (লৈবা) মুমিত্তা নোংমাইজিং, লৈপাকপোকপা, থাংজ মুমিৎ ওইরবা তিথিনা নিনি পানবা, তরেৎনি পানবা, তরানিথোইনি পানবা মুমিৎ অসিদা মী শিবা থোক্লবদি ত্রিপুষ্কর যোগ কৌই। ১। ফলদি—মুমিত্তা তারগা মহৈ মরোং, মচা মাঙই। ২। তিথি দোষনা লল-থুম শল ইরোই মাঙই। ৩। নক্ষত্র দোষনা শাগৈ মাঙই। অহুম্মক পুম্না তারবদি অশিবা, অমাঙবা হেনগৎপা, শরুক অহুম ফংগনি। কোক্লবা প্রতিকার তৌ।

## ত্রহস্পার্শ

নোংমদা তিথি ৩ অহুম থোক্লবদি ত্রহস্পর্শ কৌই। করি-গুম্বা লাইরিক্তনা তিথি অমনা মুমিৎ ৩ (হুমনি) শোকপবু

ত্রহস্পর্শ কৌই। হৌজিক্তি ময়াম্না লৌনরিবদি নোংমদা তিথি অহুম শোক্লবা অসিনা লৌনৈ। ত্রহস্পর্শ ওইবা মুমিত্তা যাত্রা-নচিংবা অফবা থবক তৌবা ফত্তে।

## য়ূমদা উচেক তোংবা।

লাংজা, উরোক, লমখুম্নু, মকু, উমাইবী, খুম্নুগ্রং, কাকয়েন, অঙৌবা লময়েন মসিনা য়ুমদা তোংলবদি পক্ক ১গী মমুং নত্রগা থা ১গী মনুং নত্রগা চহি ১ গী মনুংদা য়ুম্ন অমদি মচা শিবা অমসুং লল-নচিংবা ওই। প্রতিকার:- য়ুম অদু ব্রাহ্মণদা কৎথোক্লগা শান্তি তৌগনি। তৌরোই হায়রগা য়ুমগী মমল অদু ব্রাহ্মণদা দান তৌগনি। য়ুম অদু শান্তি তৌগনি।

অহানবা শরুক লোইরবা॥



# অনিশুবা শরুক

## [ ২য় খণ্ড ]

### নুমিৎ ৭গী মমিং

( মৈতৈ—বাঙ্গলা )

নোংমাইজিং—রবিবার। নিংথৌকাবা - সোমবার। লৈপাক-পোকপা—মঙ্গলবার। য়ুমশকৈশ—বুধবার। শগোলশেল—বৃহস্পতিবার। ইরাই—শুক্রবার। থাংজ—শনিবার।

### পোকপা নুমিৎকী ফল।

নোংমাইজিং পোকপা মীদি—মতৌদি শামুগী মতৌনে। পীকলিঙৈদা রা য়ামদে। পোকপা রাগন্দে। রাহি লুম্মি। মীনা ঙাঙবা তুমিন্না তাবা হৈনদে। কামজাও হুন্না চৎপা হে। মমা মপানা থিবা মতু চান্নগন্দে। শাউরবদি মমাঙদা খাঙবা ঙমদে। মচা য়াম্না পোক্কে। মীনা খঙবা য়াম্মি। মীনা নম্বা ঙমদে। মন্ত্র যন্ত্র খঙগল্লি।

নিংথৌকাবা পোকপা মীদি-মপুক মরিন লুম্মা। মচু পানগল্লি। শাউরবস্থ থুনা নেম্মী। তোয়না নাগন্দে। লু-লুকনা চৎপা হৈনদে। পুক্লিং নুংশিবা য়াম্মি। তাং খুদিং চিকপা, ঈনা হকচাংদা চাইনা নুংঙাইতবা পীবা অমস্থ লৈগল্লি।

লৈপাকপোকপা পোকপা মীদি— মপুক মরীন য়াংই। লিংজেন খাই। নিপা মুপী শকল্লি। মীঙোন্দা নোনবা হৈনদে।

মী অপুম্বনা চাল্লি। মীনা খঙবিবা য়াম্মি। লাইরিক লাইগু কয়া পাঙদে। মীগী মপী-মপা ওইগল্লি। লাইবু নীংই। মচিন্দা লাই তোংএ। কম অচৌবা কংগল্লি। হন্না হন্না ইমুংগী অহল ওইগল্লি। অহল-লম্মন্না থিবা মুপী চান্নগন্দে। মচা নিপান্না হান্না পোকল্লি। খোঙ-খুত্তা চৈকম লৈগল্লি। অচেৎপা অনাবা লৈগল্লি। হৈ-শিংই। শাগৈনা য়েক্কৈ। মমৈদা অকথা ওই।

য়ূমশকৈশ পোকপা মীদি—থৌ, চিন য়াংই। খোইজেল লিংজেন, খোইগল্লি। মমা মপাগী লল কঙগন্দে। থবক নান-থোকপা হৈ। লিংজেন্দি মীনা করগা কৈ। মীনা ফত্রগা ফত্তে। মীবু কিদে। লাইবু কি। মুপীনা পামগল্লি। অহানবদা য়াগল্লি। মমৈদা কৈ।

শগোলশেল পোকপা মীদি—উচিগী চাকচা ওই। চিন য়াংই। পুকমু য়াংই। অফবা অচৌবা ওইগল্লি। মীনা খৌদারবদি শূনিংদে। মচা য়ান্না পোকএ নত্রগা পোক্কে। য়া হায়দোক্কনা থম্বা হৈ। মপুক কৈ। লৌশিংনা পাঙ্গল চাউই। ইনাক খুল্লি। লাইবু নীংই।ময়ায়দা ঈরাক্লবা লৈ। মীনা লাকচবা য়াদে। নাপন য়াংই। মহৈ হৈ। মাগী মতৌবু মীনা কুম্মৈ ওই।

ইরাই পোকপা মীদি—মচু পাল্লি। নোংশাগী মতৌনি। ঙৌথিগল্লি। চাবা থকপা কম্থি চাউই। খোইজেন লিংজেন থাই। শোন্দম নাদম থরা তৌগল্লি। লাংকম কুংই। পুক্লিং চন্নাং খোয়য়াংনগল্লি। লৈমা নিংথৌ চান্নবা কয়া পাঙদে। মরুপ

মপাংগী হোৎনৈ। পুক্লিং ভগ্না চত্রবদি মীওই ফত্তে। মীগী লাংদা থুগল্লি। লাইবু নিংই। মতু অহানবা চায়গন্দে। মিহুল থগৎপা অমা লৈগল্লি। য়া ঙাঙবা হৈ। থোইগল্লি।

থাংজ পোকপা মীদি—মরু লুক্না চৎলে। পীক্লিঙৈদা য়োকপা য়াগল্লি। মচি ময়া পানবা অমস্থং মৈনা, ঈশিংনা য়েংথি। খোইজেন লিংজেন খাই। শাউরগা কপকল্লি। শাউ-য়বস্থ থুন ফৈ। মীঙোন্দা পীজবা পাম্মুদে। মীগী পাঙ্গল চাগন্দে। লাইনীংত্রবদি য়াগল্লি। হৈজরবদি পণ্ডিত ওই। থবক অপুম্বদা চিংথদে। মাগী শরুক নীংথিনা তম্বিদে।

থা ১২ গী ফল।

শজিভূ থাদা পোক্লপদি—মহৈ-মশিং হৈ। মশক-মতৌ ফজে। মী অফবা ওই। অপাৎ-অনোম তৌগল্লি। মমাঙদা থাঙল্পনা লৈবা ঙমদে। তুংদা ঙাঙনৈ। মীনদি চাল্লে। লৌশিং শিংএ। অচৌ-অশাং খনবা পক্লে। কুলৈ কুচু ওই সুপী-সুপা পক্লে। চহি ১।৪।১৫।৩০।৩৫ ফত্তে মৈ ঈশিংদা অৱাবা নগংল্লি। অৱা-অনাস্থ লৈ।

কালেন থাদা পোকপদি–মী অফবা ওইগল্লি। মপুক কল্লক-কঞ্জাওই। অচৌ-অশাং খনবা পক্লে। সুপী-সুপা অঙৌবা পক্লে। চহি ২।৪।৭।১০।১১।১৫।২৫।৩৬।৪৬।৭৮ মতম অসি অৱা-অনা থোক্লল্লি।

ইঙা থাদা পোকপদি—চাবা থকপা য়াৎকন্দে। সুপী ঙাংঙ্‌নবী লৌরবদি মচা শিগল্লি। অমুবী লৌরবদি শিরোই। চহি ২।১৪।২৮।৪৫।৪৭।৫৬ দা লাংক্ষম লৈ। চহি ৭২ দি য়াম্না কৈ।

ইঙেল থাদা পোকপদি—লাইরিক হৈ। য়েকপা খোংপা হৈ। নীংবা খুংগল্লি। পুক্লিং লোশিং চাউই। মথক মথা থাঙবা ঙমদে। মুপী অঙোবী পক্লে। অমুবী লোরবদি অনিদা চাম্নৈ। চহি ৩।২৭ ফত্তে। চহি ৪৬ লল ফংগনি। চহি ৫৭ ফত্তে। চহি ৬৫ লল ফংগনি। চহি ৭৩ ফত্তে।

ৱাথল থাদা পোকপদি—মশক মতৌ ফজে। লল য়ম্না ফংদুনা মুংঙাইএ। অচৌ-অশাং লৈমা নিংথৌগা ঙাই ওইগল্লি। ইনাক খুল্লি। মুপী অঙোবা পক্লে। লল্লোনবা তোংগন্দে। মরেপ নেম্বা মুপীদি পক্লদে। চহি ৪।১৫।২১।৩১ ফত্তে। চহি ৪৬।৪৮ লাংফম লৈ।

লাংবন থাদা পোকপদি—অহানর্বদা ৱানা পাল্লগা মমৈদা য়াম্না মুংঙাইবা ওই। মশক মতৌ ফজগনি অপাইবা ৱাখলসু ফৈ। মুপীদি অঙোবা পক্লে। চহি ৩।২১।৩৬ ফত্তে। চহি ৫৫ লল ফংএ। চহি ৫৮ ফম নাই। চহি ৬২ অৱাবা ফংই। চহি ৭৮ পাংদে।

মেৱা থাদা পোকপদি—অচা-অথক ৱাত্তে। ফম নাই। লৌ ইংখোল পক্লে। মমা মপাগী য়ুমফম ফংএ। মীনা য়েংথি। অঙম-অথৌনা চাল্লি। মুপী অনিদা চান্নগনি। মুপী অঙোবী পক্লে। চহি ৪।৬।১০।২১।৩১।৫৫।৮১ ফত্তে।

হিয়াঙ্গৈ থাদা পোকপদি—চাবা থকপা ৱাত্তে। হোরকপা ৱাই। ল্লাই নিঙই। অহন ওইরগা মুংঙাই। খুৎ-শা য়াম্না হৈ। লল্লোনবা পক্লদে। লৌ ইংখোল পক্লে। মুপীদি মেম্ মানবী

তোঙ্গানবী পক্লে। চহি ৩।৭ ফত্তে। চহি ৮ কৈ। চহি ১৬ পাঙদে। চহি ২৭।৪৪ ফৎতে। চহি ৫৭ ফত্তে।

পোইন্নু থাদা পোকপদিঃ— অকবা ওই। লৌ উগল্লি। লম থাপ্পা চৎপা ফত্তে। মচিন-মনাও চান্নগন্দে। মীনা য়েক্নগল্লি। শাগৈনা য়েংথীএ। সুপীদি ঙোনা ঙাঙবী পক্লে। চহি ৭।১৪। ৪২।৪৬।৫৫ দশা পাঙদে।

ৱাকচিং থাদা পোকপদি :— অচৌ-অশাং খনবা, মশাদা খূদম লৈ। নহা ওইরিঙৈদা অনা-অয়েক য়াম্না তৌগল্লি। লৌনম্বা ৱা হায়বা হৈ। মীনা লাকচবা ঙমদে। সুপীদি মূরৈ ঙাঙলৈনবী পক্লে। চহি ১।২।৭। ৪ ফত্তে। চহি ২০।২৬ ফৈ। চহি ৩১ ফত্তে। চহি ৪৫ লল ফংএ। চহি ৪৮ ফম নাইএ। চহি ৫৮ ফত্তে। চহি ৬১।৮০ ফত্তে।

ফাইরেন থাদা পোকপদি :— মহৈনা ফম নাইএ। ইনাক খুল্লি। মীঙোন্দা পীজ-পীথক ফৈ। অহানবা খরা হৌদোকই। মমৈদা য়াম্না সুংঙাই। শাগৈনা, ঙাইনা চাল্লে। শাউগল্লি। শূবা চৎপা মীঙোন্দা হংগন্দে। মনিং তমগল্লি। সুপীদি অমুবী পক্লে। অঙৌবী লৌরবদি সুপী মপুক য়ামই। চহি ২। ৭। ২৭।২৯ লাংফম লৈ। চহি ৫২ লল ফংই। চহি ৬৫।৮৮ ফত্তে।

লমদা থাদা পোকপদি :— অচা-অথক ৱাৎলোই। অচৌ-অশাংনা চাল্লি। লল্লোনবা লৌ উবা পক্লে। নহা ওইরিঙৈদা চিঙ্গাক ৱাত্তে। অহল ওইরগা খরা ৱাৎলি। সুপীদি তোংগানবী

পক্লৈ। চহি ২।১০।৩৩।৪৬ ফত্তে। চহি ৭৬ লল ফংএ। চহি ৭৯ ফত্তে।

## রাশি ফল।

মেষ রাশিদা পোকপা মীদি :- পুক্লিং তয়াং-তশোয়নগল্লি। কেথোক-মৌথোকল্লি। রা য়াম্না ঙাঙগল্লি ইমুং-মমুংদা লৈবা মীগা পুকচেল খোইজেন তিন্নগন্দে। ললযুমদি লৈগল্লি। মীঙোন্দা পীজ-পীথক কৈ।

বৃষ রাশিদা পোকপদি :— রা য়াম্না ঙাঙগন্দে। মশক মতৌ ফজগল্লি। মমিৎ খরা লাওগল্লি। মতু খরা চোমগল্লি।

মিথুন রাশিদা পোকপদি : - মফী-মরোল মোৎকল্লি। মান'দ য়াম্না নানবা পাম্মী। থবক্না উৎতৈৎগী থবক তৌগল্লি। ঈশৈ পানই। মীগী ফনবা কান্নবা তৌই। তপ্না চৎকল্লি। লাইরিক হৈগল্লি।

কর্কট রাশিদা পোকপদি :— ইনাক খুল্লি। লাই নিঙগল্লি। শাগৈগী থাংমৈ ওই। মশক-মতৌ ফজৈ। লোক্না মুংশিংকা য়েৎনবা অনাবা চেনগল্লি।

সিংহ রাশিদা পোকপ'দ :— মরুপ-মপাং রাংলি। বন্দ চৎপা পাম্মী। শা-ঙা পাম্মী। মুপীবু লুনা তৌই। মহৈ হৈ। পুকলাম্বগী অরাবা ওই। রাগ চাউই।

কন্যা রাশিদা পোকপদি : — পুকচেল নোই। মুংঙাই। ধর্ম্মদা পুন্নিং ঃঙই। হৈ শিংই। লমচৎ ফজৈ। মশক মতৌ ফজৈ পুকচেল্ পীকই।

তুলা রাশিদা পোকপদি :— মশা নাওশোম্নৈ। দান তৌবা পাম্মী। মরুপ-মপাংগী কান্নব তৌই। পাঙ্গৌগী মরম খঙগল্লি। পূক্লিং তয়াং তশোয়নগল্লি।

বৃশ্চিক রাশিদা পোকপদিঃ— মী য়াম্না তিল্লি। দান তৌবা পাম্মী। থম্মোয় শোল্লি। অচৌবা খনবা পামই। মুপী অফবা ফংগল্লি। পুকচেল লৌখুপ লৌকোই তৌগল্লি।

ধনু রাশিদা পোকপদি :— মমিং চংকল্লি। শাগৈগী অথোইবা মী ওই। মরূপ-মপাংগী চান্নবা ওই। লল লৈ। লাইদা ভক্তি লৈ।

মকর রাশিদা পোকপদি :- মীগী মুপী পামই। মতিক-মগুণ চাউই। চিরোন তৌবা ৱা তান্নবা হৈ। লৌশিং শিংই। অকনবগী পুকচেল চেল্লি।

কুম্ভ রাশিদা পোকপদি :— পরিবার চাউই। হরাও কুম্মৈ পাম্মী। লেঙদবা লল পামই। মীগী কান্নবা থবক তৌই।

মীন রাশিদা পোকপদি :— লল য়াম্না পামই। মশক মতৌ ফজৈ। মহৈ মশিং হৈ। মুংঙাই।

## লগ্নগী ফল

মেষ রাশি লগ্নদা পোকপদি :— ইনাক খুল্লি। মনম শুল্লি। হৈগন শিংগনবদগী মীনা য়েংথী। অচৌবনা মশক খঙই। শাউগল্লি। দেশ কোয়বা পাম্মী। মচিন-মনাও ৱাংলি। স্বভাব ফজৈ। ফত্তবা মচা লৈগল্লি। মরুপ-মপাং ৱাংলি। চহি ৪দা অনাবা পী। চহি ১৫দা মচী-ময়া পানবনা শোকল্লি।

চহি ৩৫ দা অচৌ-অশাংগা খংনগল্লি। চহি ৪৫ দা য়োংকী অৱাবা লৈ। চহি ৫৭ তম্ন অৱাবা লৈ।

বৃষ রাশি লগ্নদা পোকপদি :— বুদ্ধি কৈ। ৱাখল য়াম্মে। মীনা চাল্লি। মীবু ঙমই। মরিংজেল কৈ। লাইগুরু নীংএ। লাইবক কৈ। কোয়গল্লি। পাঙ্গল চাউই। লাইগুরুগী লল ফংগল্লি। ৱা ঙাঙবদা মীনা তানীংই। চহি ৪ দা মৈদগী অকিবা লৈ। চহি ৫।৬ তা ঈশিংদা অকিবা লৈ। চহি ১০ দা অনাবা লৈ। চহি ১১ দা মচী পা-বনা য়েংথি। চহি ১৫।২৫ দা থাঙ তেম্না য়েংথী। চহি ৩৬ তা অনাবা পী। চহি ৪০ দা ফত্তে। চহি ৫৭ দা ৱাথৈ-লানথৈজিনবা লৈ।

মিথুন রাশি লগ্নদা পোকপদি : - মরুপ-মপাং য়াম্না কৈ। ললথুম লৈগল্লি। তনগল্লি লাইরিক হৈগল্লি। অকবা ৱা ঙাঙই। ঈশৈ পামই। লিল,শা, হুইনচিংবনা য়েংথি। চহি ৪।৭ তা নাগল্লি। মৈ ঈশিংদা-মচিময়া পানবনা য়েংথী। চহি ১৪ ফত্তে। চহি ৩৪ ৱাথোকএ। চহি ৩৭ লল ফংবা পী। চহি ৩৯ ফত্তে। চহি ৪৪ দা নাইএ। চহি ৪৭ তা কান্নবা মঙ্গল পী। চহি ৫৫ পাঙদে।

কর্কট রাশি লগ্নদা পোকপদি :- হৈ শিংই। মরৌ হৈ। কন্থি চাউই। অচৌবনা চাল্লি। নাপল চাউই। মপুক তপই। অঙাং য়াম্মী। লাইনীংই। য়াইকৈ। চহি ৪ দা নাবা পী। চহি ১০ ঈশিংদা অকীবা লৈ। চহি ১১ দা ৱাথৈজিনবা ওই। চহি ২১ অনাবা ওই। চহি ২৫ দা ৱা কোংবা লৈ। চহি ৩০ দা লল পী। চহি ৪৭ তা অচৌবনা য়েংথীএ। চহি ৭৫। ৭৭ অৱা-অনা লৈ।

সিংহ রাশি লগ্নদা পোকপদি ঃ—য়াইফৈ। অঙাং ওইরিবৈদা মমা মপানা লুনা তৌই। অহল ওইরগা মমা মপাগী মতৌ তৌই। মীনা য়েংথী। মীনা হায়বা কয়া ইন্দে। মমিং চৎকল্লি। মুপী অহুমদা চান্নগল্লি। গম্ভীর লৈ। মপাঙ্গল কনগাল্লি। পোকপা কুমদা নাগল্লি। চহি ৪ দা চৌন্দা অনাবা পী। চহি ৭ তা ঈকাইবা পী। চহি ২১ রাথোকপা পী। চহি ৩০। ৩৫ দা ফৈ। চহি ৪৭। ৪৮ অরা-অনা লৈ।

কন্য রাশি লগ্নদা পোকপদি—পূকচেল চুমই। চাবা রাৎলোই। অহল-লমন নৌনা কায়নগল্লি মশক উবদা মীনা চাল্লে। মমিৎনা রা হায়বা হৈ। কোক পাৎকল্লি। মুপী অহানবা চান্নগন্দে। হৈ শিংই। বুদ্ধি ফৈ। মহৈ হৈগল্লি। মরূপ-মপাংনা চাল্লি। চহি ১০ দা চহি ১২। ২১ দা অরা অনা লৈ। চহি ৩৫। ৪৫ অচৌবগা য়েংথীনবা লৈ। চহি ৫০। ৫৪ রাথোক লানথোক লৈ।

তুলা রাশি লগ্নদা পোকপদি ঃ—মীবু কিদে। মথন্তা রারকপা ঙমই। লৌশিং শিংই। মুপী য়াম্মী। মরল লৈ। কল্লকপা য়ামই। অহন লমনগী সম্পত্তি ফংই। গুণ চেল্লি। য়াইফৈ। লল্লোনবা হৈশিংই। চহি ৬ তা খোঙদা সৈনাইবা অমসুং ঈশিংদা তাবা মীপাইবা লৈ। চহি ১০ । ১১ দা নাই। মৈপোক লাংপোকসু লৈ। চহি ২০ দা নাই। নাত্রগা মহৈ তস্বদা থবক তৌবদা অকায়বা ওই। চহি ২৩ রাথোকএ। চহি ৩০ দা অফা-অপুন লৈ। চহি ৪৫ দা পুক্লিং-হকচাং মুংঙাইতে। চহি ৫২ অচৌবনা চাল্লে।

বৃশ্চিক রাশি লগ্নদা পোকপদি— নহা ও রিভৈদা লাইরৈ। অনা অরেক তৌএ। মীবু থানদে। মীবু কিদে। মীরা ইল্লি। মীনা য়েংথীবা য়াম্মে। পীজ-পিথক ফৈ শাউগল্লি পোকপা কুমদা মশা মজ্ৰগা মমাদা অনাবা পী। চহি ৬ তা মচী পানবনা শোকপা পী

ধনু রাশি লগ্নদা পোকপদি—মচিন মনাও চান্নগন্দে মীদি অফবা ওই। মপুক চাউএ। তপএ। রা অরেপ্পা লৈ। মাঙদা মীনা চাল্লে তুংদা ঙাঙনৈ। য়েকপা খোংপা হৈগল্লি। শাউগল্লি। মহৈ মশিং হৈগল্লি। চহি ৪।৭ পাঙদে চহি ১৪ অক্পা অপুনপী। মৈ ঈশিংদস্থ মীপাংবা নংবা পী। চহি ২০ ২৫ দা কান্নবা মঙ্গল পী। চহি ৩০ ৪০ পাংদে। চহি ৪৫।৫৭।৭৬ লাংযম লৈ!

মকর রাশি লগ্নদা পোকপদি—হৈ শিংবা মী ওই মীঙোন্দা থীনা চৈবদা মানা শাউদে। রা ঙাংবদা মীনা তানীংই। অফবা মতু-মচা ফংএ। মচা-মশুগী মপাল চায়। সুপী অহানবা চান্নগন্দে। চহি ৪ দা নাই। চহি ৭ তা মৈদা ঈশিংদা অরাবা লৈ। চহি ১৪ দা নাই। চহি ২০।২৪ নাই। চহি ৩০।৩৫ দা অচৌবনা চান্দুনা শেল ফংবা ওই। চহি ৪৫।৪৮ দা অচৌবগা য়েংথিনবা লৈ। চহি ৫৬।৫৮ ৬১ ৬৮ দা খৎনবগী লল তিংবা লৈ।

কুম্ভ রাশি লগ্নদা পোকপদি— নহা ওইরিভৈদা রায়। থবক তৌবদা পাউহংদে। শেল লৈগল্লি। সুপী অঙৌবী পরৈ। মীগী সুপী পামগল্লি। পুক্লিং তয়াং-তশোইনগল্লি। চহি ৫ মৈপোক-লাংপোক লৈ। চহি ৭ নাই। চহি ১৫।৩৫।৪০।৬৪ দস্থ নাই।

মীন র শি লগ্নদা পোকপদি ঃ— নহা ওইরিবৈদা ফত্তে। মমৈদা কৈ। অচৌ-অশাংনা চানগল্লি। পাঙ্গল কল্লি। লাইরিকনচিংবা মহৈ-মশিং হৈ। মমিং চংলি। ঈশৈ অমস্থং য়েক-খোংপা হৈগল্লি। চহি ৫ দা মমিং চংলে। চহি ১০ দা নাই। চহি ২০ দা কাম্নবা পী। চহি ৩০দা অকি-অখঙ লৈ। চহি ৩৮ ফত্তে। চহি ৭৬ লাংফম লৈ।

## তিথিগী মতুং ইন্না চাবা ফত্তবা

১। প্রতিপদ— তোর্ব্বোং। ২। দ্বিতীয়া— লৈপুংথাং। ৩। তৃতীয়া— পতোল। ৪। চতুর্থী- মূলা। ৫। পঞ্চমী— হৈখাগোক। ৬। যষ্ঠি— নিম। ৭। সপ্তমী কোনা। ৮। অষ্টমী - য়ুবী। ৯। নবমী - খোংক্রম। ১০। দশমী—কোলমনি। ১১। একাদশী হৱাই উৱী। ১২। দ্বাদশী— উৱোকশুম্বল। ১৩। ত্রয়োদসী— থামেন। ১৪। চতুর্দ্দশী— শগোলহৱাই। পূর্ণিমা (অমাবশ্যা)— ঙা।

নোংমাইজিং নুমিৎ, সংক্রান্তি ( থাগী অৱোইবা ) দা ঙা, শা, নিম, নোংমাংখা চাবা ফত্তে পুথ্রি ময়েং তাইএ॥

## লিলনা চোকপগী ফল।

মূলা, মঘা, আর্দ্রা, অশ্লেষা, ভরনী, বিশাখা, কৃত্তিকা নক্ষত্রনা পানবা নুমিত্তা লিন্না চীরবদি শিগনি। ( জ্যোতিষ তত্ব )

মূলা, মঘা, আর্দ্রা, অশ্লেষা, ভরনী, ধনিষ্ঠা নক্ষত্রনা পানবা নুমিত্তা লিলনা চীরুবদি শিগনি। ( দীপিকা )

অঙাং চহি ১০ শুদ্রিবগী ফত্তবা মতম ঃ— নোংমাইজিং পোকপগী নুমিৎ ২।৯॥ থা ২। ৯॥ চহি ২। ৯। অমা মত্তাং

অহুম অসি পাঙদে।

নিংথৌকাবগী সুমিৎ ৪।১১ ॥ থা ৪।১১ অমা মতাং অনি অসি পাঙদে।

মঙ্গলবারগী সুমিৎ ৬।থা ৬। চহি ৬ মতাং অহুম অসি পাঙদে।

য়ুমশকৈশগী :— সুমিৎ ১।৮।থা ১।৮ ॥ চহি ১ ৮

শগোলশেলগী :— সুমিৎ ৩।৪।। থা ৩।৪ ॥ চহি ৩।৪

ইরাই :— সুমিৎ ৫ ॥ থা ৫ ॥ চহি ৫

থাংজ :— সুমিৎ ৭ ॥ ৭ ॥ চহি ৭

## য়ুহারাবগী ফল।

নোংমাইজিং সুমিৎ য়ুহারাবদি অনা-অয়েক পী। মহৈ মরোং মাঙই। মৈদগী অকিবা পী। অচৌবা মরী শোকই। শা-লান থোকপা য়াবা পী। ব্রাহ্মণ মরী শোকই। শা-শল মরাই তাই।

নিংথৌকাবদা হাবদি হরাওই। লৈপাক লৈহাও কায়। মরু-মরাং কৈ। চণ্ডাল মরি শোকই।

লৈপাকপোকপ হায়বদি – হাওগী মরী শোকই। অনা-অয়েক পী। মহৈ-মরোং মাঙই। মৈগী অকিবা পী। অচৌবা শোকই। শা-লান থোকপা পী।

য়ুমশকৈশ হায়বদি— লোই-লম মরী খরা পোকই। অহৈ-অশিং লাকল্লি। চাক হোঙই। লৈপাক অমগা অমগা চায়ৈ।

শগোলশেলদা হাবদি— ক্ষেত্রিগী পীড়ানি। মীয়ৈবাক্তগী য়া তায়। গর্ভদা মী অফবা চঙই।

ইয়াইদা হাবদি —লৈবাক্কী পীড়ানে। চাক হোণ্ডই। অশি-অনা কল্লি। মীয়্বেবাক্তগী অকি-অখণ্ডবা ওই। মচিন-মনাও য়েংথীনৈ।

## থাগী ফল

শজিভু থাদা য়ুহারাবদি— নোং কাংই। অশি-অনা পী। কালেন থাদা য়ুহারাবদি— গর্ভদা লৈবা অঙাং শোকই। ওইনা তানা য়াম্মী। ইঙা থাদা য়ুহারাবদি—অঙম্বা মরী শোকএ। ইঙেল থাদা য়ুহারাবদি— লৈবাক ৱাই। শা-লান থোকএ। থৱান থাদা য়ুহারাবদি— ব্রাহ্মণ অহে-অশিং শোকই। লাংবন থাদা য়ুহারাবদি - লৈবাক্কী পীড়ানে। শেল তাঙএ। মেরা থাদা য়ুহারাবদি— লৈবাক শাউই। অঙম্বা ঈকায়বা নংএ। হিয়াঙ্গৈ থাদা য়ুহারাবদি—তাঙলমএ। অঙম্বা অফবা থোক্লকএ। পোইন্তু থাদা য়ুহারাবদি—লৈবাক অৱাবা ওই। ৱাকচিং থাদা য়ুহারাবদি— মুংশিৎ কল্লি। ফূৱা দলান কায়এ। ফাইরেন থাদা য়ুহারাবদি— লৈবাক ৱাবা পী। লমদা থাদা য়ুহারাবদি লৈবাক লৈহাও কাই। নোং য়াম্না চুইএ।

## রাশিগী মতুং ইন্না দেশ থায়দোকপা

মেষ রাশি— ইংলণ্ড, দেনমার্ক, জর্ম্মনি।

বৃষ - পারস্য, গ্রেড পোলণ্ড, এশিয়া মাইনর, তার্কি পোলোকা, অয়ারলেণ্ড সাইপ্রস দ্বীপ, রুশিয়াগী থরা ... ....

মিথুন— ইউনাইটেড ষ্টেট, লোয়ার ইজিপ্ট, বেলজিয়ম, ইংলণ্ডগী নোংচুপ থংবা শরুক, লণ্ডন-নচিংবা।

কর্কট— স্কটলণ্ড, হলণ্ড, আফ্রিকা, ইয়র্ক, নিউইয়র্ক····।

সিংহ—ফ্রান্স, ইটালি, রোম, ব্রিষ্টল, প্রেগ, মণিপুর····।

কন্যা—তুর্কিদেশ, মেসোপেটামিয়া, টাইগ্রীস তুরেলদগী ইউফ্রেটিস, ক্যাওবা, জেরুজেলম, বাগদাদ, সুইজারলণ্ড ··।

তুলা—চীনদেশ, জাপান, আষ্ট্রেলিয়া, আপর ইজিপ্ট....।

বৃশ্চিক—বারবরী, সিরিয়া দেশকী শরুক খরা, লিবারপুল।

ধনু—স্পেন, অষ্ট্রিয়া, হঙ্গরী।

মকর—ভারতবর্ষ, গ্রিস, প্যারস্য মমুংদা লৈবা দারকাল....।

কুম্ভ—আরবদেশ, টাটারুশিয়া, লোয়ার সুইডেন....।

মীন—পরটুগাল, স্পেনগী মমুংদা লৈবা গালিভিয়া....।

## গ্রহগী পীড়া

১। রবিগ্রহনা পীবা পীড়াদি- হকচাং অমসুং থম্মোয় নিকপা, পূকচৎপা চিন নাবা, শাগৎপা, থম্মোয় নাবা, লোক অমমুং অশাবা কাবা, মিৎ নাবা, কোক নাবা পী।

২। চন্দ্রদি - পূকী অনাবা, অথিনবা, ঘি থুংবা, ঈশিংগী মরীদা নাবা, শাগৎপা পী।

৩। মঙ্গলদি—লায়-থোকপা, উরিংথুংবা, লাইকোই, ঈতোন ফায়বা, খুলাই, ঈ হাথবা, শাগৎপা, লোকী লায়না, মুঙশং, ঈশিং লীকপা, ঈশিং য়াম্না চৎপা, মুংশিৎ অপাইবা, য়েনবা শূনবা, ঈ তাবা পী।

৪। বুধদি—শারৈ হৌবা, লৈ নাবা, লোক, চাবা তুমদবা, বা ভাঙবগী পাঙ্গল বাৎপা, বা ভাঙবদা বেরা তোবা, নীংশিংনবা পাঙ্গল বাৎহনবা, কোক নাবা পী।

৫। বৃহস্পতি—ঙ্গো নাবা, খোঁরি নাবা, স্বরগী মরিদা নাবা, লোক, ফিরাক নাবা পী।

৬। শুক্রদি—ধাতুগী পীড়া, ফম্বী মরেং তাবা, ঈশিংগী মরীদা বেরা তৌবা, অঙাং লৈকমদা নাবা, চাফৎপা পী।

৭। শনিদি—মুংশিংকী অনাবা, না পঙবা, পুক নাবা, পৈ তাবা, হকচাং নিকপা, স্বরদা নাবা, যক্ষা, খোঙ চিংবা, হকচাং পঙথবা শিথবা পী।

৮। রাহুদি—যক্ষা তৌবা, হিংচাবী চংবা, খ্বাং য়াংলেন চিঙথেকপা, পুক্তা মতুম লৈবা পী।

৯। কেতুদি—থবক্কী মরমদা চয়েত্তা, মিৎ নাবা, ঙৌদোং লৈবা পী।

## গ্রহগী কারক

### ( থবক পুন্নমক পীবগী মপু )

রবি—নোংপোক মায়গৈ পিত্তধাতু (লোক্কী লায়না) স্বত্ব-গুণ, আত্মা (থৱায়) ক্ষত্রিজাতি, স্বভাব, নিংথৌবন, চীং, মপা, ক্ষেত্র, মনিক্য, ফী, অঙাংবা লৈবাক অসিনচিংবগী কারক্নি।

চন্দ্র—কোক্ৰু মায়গৈ, বাতশ্লেষ্মা, স্বত্বগুণ, পুকনিং, মমা, হকচাং নোইবা, বৈশ্যজাতি, মনম নাইবা, পোৎ, গেহু, চু, রস, মহৈ-মরোং, রুপা অসিনচিংবগী কারকনি।

মঙ্গল—মখা মায়গৈ, মথৌনা ফবা, মৈ, পিত্তধাতু, তমগুণ, নিংথৌগী য়েক্লবা, পাঙ্গল, লৈপাক, ইখোল, অনাবা, মচিন-মনাও, হুরানবা অসিনচিবগী কারকনি।

বুধ—শূদ্রজাতি, মমা, লল্লোনবা, অঙ্ক বিদ্যা বা ৬াঙবগী পাঙ্গল জ্যোতিষ, লায়েংবা, ইবা অমসুং য়েক-খোৎপগী থবক, নোকপা, কিবা, মহৈ, সত্বগুণ.... ।

বৃহস্পতি—চিংখৈ মায়গৈ, সত্বগুণ, মচানিপা, ব্রাহ্মণ, থবক, লল, মী চান্নবা, স্না.... ।

শুক্র—মৈরম মায়গৈ, রজগুণ, মিৎ, লুপা, শাদোং, মী, ব্রাহ্মণ, কাম মরি ওই, থবক, মুংঙাইবা ঈশৈ, শাস্ত্র কাবা, লৈ, মথোক কারকপা, পোষাক, কবিতা, সর্ব্ব.... ।

শনি—খুৎলাই, অথিনবা লাল, থাউ, শামুশিং, শগোল, ইরোই, নীলকান্তমনি, মীনাই, তমঃ গুণ লাইরিক অমগী মত্তা সত্বগুণ, অরাবা, নোংচুপ মায়গৈ, অশিবা, সম্পদ, অতোনবা জাৎ।

রাহু—মোইরাংলাইজি, তুম্বা, মপা পোকপা মপু, বায়ুধাতু, লিল, চৎপা, মতম।

কেতু—মমা পোকপা মপু, উনশাদা নাবা, উরিং, রাবা, অরাম-খোরাংনবা অসিনচিংবগী থবক পুন্নমক পী।

## গোচর ফল

রবিনা জন্মরাশিদা লৈরবদি মকম মাঙই, অনিশুবদা লৈরবদি অকি-অথং ফংই।

৩ দা লৈরবদি মুংঙাইবা, অকবা ফঙই।

৪ দা „ „ ঈকায়খুম্নবা মাঙই।

৫ দা „ „ অতোনবা ওই।

৬ দা „ „ য়েক্নবা মাঙএ।

৭ দা ,, ,, লল মাঙএ।
৮ দা ,, ,, নাই।
৯ দা ,, ,, হুকচাংগী মঙাল বাৎলি।
১০ দা ,, ,, কর্ম্ম কংই।
১১ দা ,, ,, লল কংএ।
১২ দা ,, ,, লল মাঙএ। অয়াবা কংএ।

চন্দ্রনা জন্মরাশিদা লৈরবদি লল কংই।

২ দা ,, ,, লল মাঙই।
৩ দা ,, ,, পোৎ কংই।
৪ দা ,, ,, মিৎ নাই।
৫ দা ,, ,, থবক মাঙই।
৬ দা ,, ,, লল কংই।
৭ দা ,, ,, সুপী কংই।
৮ দা ,, ,, অশিবা কংই।
৯ দা ,, ,, নিংথোগী অকিবা নংই।
১০ দা ,, ,, মুংঙাইবা পী।
১১ দা ,, ,, লল চাওখৎলি।
১২ দা ,, ,, অনাবা অমসুং লল মাঙবা পী।

মঙ্গলনা রাশিদা লৈরবদি অকিবা কংই।

২ দা ,, ,, লল মাঙই।
৩ দা ,, ,, লল কংই।
৪ দা ,, ,, য়েন্নবগী অকিবা নংই।

৫ দা „ „ থবায় মাওবা মানা লৈ।

৬ দা „ „ লন কংই।

৭ দা „ „ অৱা-অনা নংই।

৮ দা „ „ খুৎলাইনা শোকই।

৯ দা „ „ থবক মাওই।

১০ দা „ „ কৈ।

১১ দা „ „ লৈপাক কংই।

১২ দা „ „ মাই, লন মাওই।

বুধনা রাশিদা লৈরবদি অকা-অপুন নওই।

২ দা „ „ লন কংএ।

৩ দা „ „ হাৎপা অমসুং য়েক্লবগী অকিবা কংএ।

৪ দা „ „ লন কংএ।

৫ দা „ „ সুংডাইবা কংএ।

৬ দা „ „ মকম কংই।

৭ দা „ „ মথল অয়াবগী অৱাবা কংএ।

৮ দা „ „ লন কংএ।

৯ দা „ „ জীবনগী চিংনবা অনাবা নওএ।

১০ দা „ „ কৈ।

১১ দা „ „ লন কংএ।

১২ দা „ „ লন মাওএ।

বৃহস্পতিনা রাশিদা লৈরবদি অকিবা কংএ।

২ দা „ „ লন কংএ।

| | | |
|---|---|---|
| ৩ দা | ” | ” অরাবা হকচাং কংএ। |
| ৪ দা | ” | ” লল মাঙই। |
| ৫ দা | ” | ” কৈ। |
| ৬ দা | ” | ” কত্তে। |
| ৭ দা | ” | ” অকবা কংই। |
| ৮ দা | ” | ” লল মাঙএ। |
| ৯ দা | ” | ” লল চাওখৎলি। |
| ১০ দা | ” | ” থাজবা কায়বা ওই। |
| ১১ দা | ” | ” কম অমসুং লল কংএ। |
| ১২ দা | ” | ” পুক্নিং হকচাং নাই। |

শুক্রনা রাশিদা লৈরবদি য়েক্নবা মাঙই।

| | | |
|---|---|---|
| ২ দা | ” | ” লল কংএ। |
| ৩ দা | ” | ” কৈ। |
| ৪ দা | ” | ” লল কংএ। |
| ৫ দা | ” | ” মচানিপা কংএ। |
| ৬ দা | ” | ” য়েক্নবা চাউখৎলি। |
| ৭ দা | ” | ” অবা-অনা কংএ। |
| ৮ দা | ” | ” লল কংএ। |
| ৯ দা | ” | ” মখল-মথা অয়াবা কি কংই। |
| ১০ দা | ” | ” কত্তে। |
| ১১ দা | ” | ” মমল-মথা অয়াবা লল কংএ। |
| ১২ দা | ” | ” লল লাকই। |

শনিনা রাশিদা লৈরবদি লল মাঙই, রায়।

২ দা " " পুকনিং রায়।

৩ দা " " য়েন্নবা মাঙই, লল কংএ।

৪ দা " " য়েন্নবা চাওখংলি।

৫ দা " " মচা য়ামই। লল মাঙএ।

৬ দা " " লল কংই।

৭ দা " " অরা-অনা কংএ। কত্তবা থোকই।

৮ দা " " হকচাং নাই।

৯ দা " " লল মাঙই।

১০ দা " " কত্তে। পুকনিং নুংঙাইর্ভবা ওই।

১১ দা " " লল কংএ।

১২ দা " " অরৈবা ওই।

রাহুনা রাশিদা লৈরবদি অমসুং য়ুম ২/৪/৫/৭/৮/৯/১২ শুবা রাশিদা লৈরবদি লল মাঙবা, য়েন্নবগী অকিবা কংবা লংকৈ চৎপা, মৈগী অকিবা কংবা শিরুমনারুম তৌবা, থবক মাঙবা ওই।

য়ুম ৩/৬/১০/১১ লৈরবদি অকবদা শরুক ওই।

কেতুনা রাশিগী য়ুম ৩/৬/১০/১১ লৈরবদি মীনা ইকায়-খুম্নবা, পুনা কংবা, লল কংবা ওই।

য়ুম ১/২/৪/৫/৭/৮/৯/১২ দা লৈরবদি থবক তৌবদা অকায়বা অরা-অনা অয়েক্তা শরুক ওই।

গোচর দশাগী মতম।

রবি (নোংমাইজিং) মঙ্গল (লৈপাকপোক্লপা) গুরুনা রাশি লৈদা চঙলকপা কালদা পী। শনি চন্দ্র চোংলমদারদা। বুধনা

মতম পুম্নমক্তা বৃহস্পতি (শগোলশেল) শুক্র (ইরাই) ময়ায়দা যল পী।

## মতম অকনবা।

চন্দ্র মঙ্গল শনি অহিংদা মপাঙ্গল কল্লি। বৃহস্পতি রবি শুক্রনা নুংথিলদা মপাঙ্গল কল্লি। বুধনা অহিং নুংথিল অনিমক্তা মপাঙ্গল কল্লি।

চন্দ্র, বুধ, বৃহস্পতি শুক্রনচিংবা অঙ্কবা গ্রহনা শুক্ল পক্ষ (থা থোরকপা) দা মপাঙ্গল কল্লি।

রবি, মঙ্গল, শনি, রাহু, কেতুনচিংবা ফত্তবা গ্রহ কৃষ্ণ পক্ষ (থা শিথরকপ) দা মপাঙ্গল কল্লি। অঙ্কবা গ্রহনা নুংথিলদা, ফত্তবা গ্রহনা নুমিদাংদা মপাঙ্গল কল্লি।

অযুক্তা বুধ (য়ুমশকৈশ) নুমিৎয়ুংবা কালদা রবি (নোংমাইজিং) সন্ধ্যাদা শনি, অহিংগী অহৌবদা চন্দ্র ময়ায়দা শুক্র।

অরোইবদা মঙ্গল, বৃহস্পতি মতম পুম্নমক্তা মপাঙ্গল কল্লি।
রাহু কেতুদি অহিংগী অরোইবদা মপাঙ্গল কল্লি।

## জন্ম নক্ষত্র ফল

নোংমাইজিং নুমিত্তা জন্মনক্ষত্র ওইরবদি থা অদুদা চৎথোকই।

| | | |
|---|---|---|
| নিংথৌকাবা | — | অচা-অথক ফংই। |
| লৈপাকপোকপা | — | মৈদগী অকিবা ফংএ। |
| য়ুমশকৈশ | — | সম্পতি ফংই। |
| শগোলশেল | — | কি ফংই। |

ইরাই — সুংঙাইবা ফংএ।

থাংজ — অরাবা ফংএ।

## জন্ম পক্ষগী মহৈ

থা থোরকপদা পোকপদি মশা ফজে, মকারাম্মী। রা ঙাঙবা হৈ। লমচৎ ফজে, থম্মোয় ফজে। নিতি কল্লি

থা শিরমদায়দা পোকপদি সুপী য়াম্না পামগনবা অমসুং শাগৈগী চাউখৎনব তৌবা অসিনচিংবা ফল পী।

## জন্ম অতিথিগী ফল

প্রতিপদ তিথিদা পোকপদি—শাগৈগী থাউমৈ ওই। মতিক মগুণ চাউই। মশম মনা ফজে। মচা য়াম্না পোকই।

দ্বিতীয়াদা - থৌজাল হৈ। গুণ চেল্লি। পাঙ্গল কল্লি। য়েক্লববু লাকথুবা ঙমই। মমিং চৎপা ওই।

তৃতীয়াদা—অচুম্বা ৱা ঙাঙই। মীগী কান্নবা তৌই। গুণ চেল্লি। নুংশিৎকী অনাবা ওই।

চতুর্থীদা খৎনবা চৈনবা পাম্মী। মচা নিঙই। ঘী পামই। মরুপ মপাংগা তিন্নৈ।

পঞ্চমীদা—পণ্ডিত ওই। গুণ লৈ। মীনা সন্মান তৌই। মরুপ মপাংগী চান্নবা ওই।

ষষ্ঠদা—অফবা মিং চৎপা ওই। মহৈ হৈ। মশা-উরিং থুংই। অচুম্বা পামই। পুন্সি শাংই। লল লৈ।

সপ্তমী য়েক্লববু মাঙহল্লি। মমিৎ লাওই প্রতাপ কল্লি। মপাগী মরল মাঙহল্লি।

অষ্টমী মুংঙাই। থৌজাল হৈ। ইনাক খুল্লি। মুপীবু চাল্লি। ভপই।

নবমী—লিকই। লমচৎ ফত্তে। খংনগল্লি। লমচৎ লৈভবা ওই।

দশমী -থৌজাল হৈ। বিদ্যা পাম্মী। মখৌরি শাংই। মচা মগু, মরল মথুম লৈ।

একাদশী—অৱাবা থাঙই। অশাওবগী পুকচেল চেল্লি। বা অফবা ঙাঙই। লাইগুরু নিঙই।

দ্বাদশী- অতিথি মুংশি, মচা লৈ। নিংথৌনা ঈকায়খুমনৈ।

ত্রয়োদশী—অঙাং ওইরিঙৈদা মুংঙাই। মশক মতৌ ফজৈ। সত্বগুণ ৱাংলি। ভনগল্লি।

শুক্লা চতুর্দ্দশীদা - শাউগল্লি। অতোপ্পা মুপী পামই।

কৃষ্ণা চতুর্দ্দশীদা—কৃষ্ণা চতুর্দ্দশীগী শরুক ৬ থোকপগী অহানবা শরুক্তা পোকপদি ফৈ।

২ শুবদা পোকপা মপা কায়নৈ।

৩ ,, ,, মমা কায়নৈ।

৪ ,, ,, মামা কায়নৈ।

৫ ,, ,, শাগৈ মাঙই।

৬ ,, ,, লল অমসুং শাগৈ মাঙই।

পুর্ণিমাদা—অচুম্বদা মায় ওনশল্লি। মশক মতৌ ফজৈ মথৌনা ফৈ। মপাঙ্গল কল্লি। শাস্ত্র খঙই।

## য়ুমশারোল

মশাগী চহিনে, মশাগী থৌৱাম্মিচাকনে, ১৫ নে পুল্লপ তিল্লগা ৮ না য়েল্লু ১ লেম্বা সম্পত্তি চাউখংলি। ২ লেম্বা মৈগী

অকিবা ফংই। ৩ লেম্বা ভম্ম ওই। ৪ লেম্বা অরেম্বা থৌদোক থোকই। ৫ লেম্বা ভাগ্য লৈ। ৬ লেম্বা হকচাং নাই. ৭ লেম্বা সম্পত্তি চাউখৎলি। ৮ লেম্বা অশিবা ওই।

ক্রুররাশি,—মেষ, মিথুন, সিংহ, তুলা ধনু, কুম্ভ।

সৌম্যরাশি,—বৃষ, কর্কট, কন্যা, বৃশ্চিক, মকর, মীন।

পুরুষরাশি, মেষ, মিথুন, সিংহ তুলা, ধনু, কুম্ভ।

স্ত্রীরাশি. বৃষ, কর্কট, কন্যা, বৃশ্চিক, মকর; মীনা।

ওজরাশি,—মেষ, মিথুন, সিংহ, তুলা, ধনু, কুম্ভ।

যুগ্মরাশি,—বৃষ. কর্কট, কন্যা বৃশ্চিক, মকর, কুম্ভ।

বিষমরাশি;—মেষ, মিথুন, সিংহ, তুলা, ধনু, কুম্ভ।

সমরাশি,—বৃষ, কর্কট, কন্যা, বৃশ্চিক, মকর, মীন।

চররাশি,—মেষ, কর্কট, তুলা. মকর।

স্থিররাশি,—বৃষ, সিংহ, বৃশ্চিক, কুম্ভ।

দ্ব্যাত্মক রাশি,—মিথুন, কন্যা, ধনু, মীন

কর্কট; মীন, বৃশ্চিক = ব্রাহ্মণনি।

সিংহ; তুলা, ধনু = ক্ষেত্রি।

মেষ, মিথুন, কুম্ভ = বৈশ্য

বৃষ, কন্যা, মকর = শূদ্র।

